কোংজবা:— লাইরিক ফোংবা লুপ
মীতৈ মরূপ, থম্বালখোং
মীতৈ মরূপ মীতৈ লৈবাক (মনিপুর)
ইম্ফাল

মমল:— লুপা ১০.০০ (তরা)

অহানবা ফোংবা— ওক্টোবর ১৯৯৩

লাইরিক মশিং— ১,০০০ (লিশিং অমা)



মখুমগী মশক পুথোকপা— লুক্রাম ইবোতোন থৌপুরেন, মীতৈ মরূপ
মীতৈ লৈবাক (মনিপুর)

# লৈবাক মীয়ামগী মফমদা হায়জবা

মীতৈ মরূপ হৌরকপগী ৱারী ফোংজবা অসিদা মীতৈ য়েলহৌ-
ময়েকনা উনম (শাবা) তৌদহনা বেঙ্গোল্লি ময়েকনা নমবা অসি ঐখোয়স্ন
য়ামনা পামজদে, লৈবাক্কী ইবুঙো ইবেম্মা, অথুং অহৈ, মীতৈ ইনাৎপু
মুংশিবা পুমনমকস্ন পেনবিরম্মোই, মীতৈ ময়েকনা নমদবগী মরমদি—
১/ মনিপুর সরকারনা লোইশিনবিদবা হুন্দক তাং ৯/৭/৯৩ ইং দা
ফমখিবা এশেমব্লি মীফমদা ইকাইখুমরবা এদুকেশন মিনিষ্টরনা থা অহুমগী
মনুংদা লোইশিনগনি হায়না লাওথোকখিবা অসিনস্ন মরম অমা ।
২/মীতৈ মাইজৌ (পণ্ডিৎ) শিংনা পুথোকপিরকইবা ময়েক মশীং
মান্নদবা, খোঙ্গোক মান্নদবা কয়া মরুম অসিনস্ন মরম অমা, ৩/লৈবাক
মীয়ামনস্ন হৈবা হৈতবা কয়া অমস্ন য়াওরিবা অসিনচিংবশিং অসিবু
য়েংজরুরগা কুপ্পা খন্নজরগা তৌজবনি, মথংগী খুৎনমদা লৈবাক্কা সরকারগা
য়ানরবা মীতৈ ময়েক অহুনা নমজগে। অকাইবা অরানবা তাকপিয়ু
হায়না লৈবাক মীয়ামবু হন্না হন্না খুরুমজরি। লাইরিকসিদা য়াওরিবা
ৱারোলশিং অসি ইং ১৯৪৭ ফাওবদগীনি। মসিগী মতুংগী ৱারোলশিংদি
মথংগী খুৎদোলদা হাপচগনি। লাইরিকসিদা য়াওরিবা খুল অমস্নং
লুচিংবশিংগী মমিং মথা ৱাৎপা য়াওরম্ব য়াই। মসিগীদমকস্ন অফোংবগী
মাইকৈদগী ঙাকপিনবা হায়জরি। অৱাৎ-অপা পুম্নমক মথংগী খুৎনমদা
হাপচগনি।

লুক্রাম ইবোতোন
থৌবুরেন, মীতৈ মরূপ

# মীতৈ মরূপ হৌরকপগী ৱারী

লুং সিদবা মপু।

১ বা— তেংবানবা মপুরোইবু — খুরুমজে ॥

২ শুবা— নোংগাথবা লাইনিংহন নাওরিয়া ফুলোবু খুরুমজে

৩ শুবা— " পুথ্রমবম স্বরচান্দবু — "

৪ শুবা— " তখেল্লবম বোকুলবু — "

৫ শুবা— " পুথ্রমবম ইবোচাবু — "

ফোংজবা

থৌপূবা কাংলুপ মীতৈ মরূপ, মীতৈ লৈবাক

শংলেন

ৱাংখৈ থম্বালখোং, ইম্ফাল

মীতৈ মরূপ চহিরোন ৪৮ শুবা, শক ১৯৯৩ ইং

খোই চহিরোন ১৮৪০ শুবা (মীতৈ কেলেণ্ডর)

# মীতৈ মরূপ হৌরকপগী ৱারী

ইং শক লিশিং অমগা চামাপন নিযুমরি (১৯৪৪) গী লাংবন থাগী থাবুং নুমিৎ তাং ২/৯/৭৪ ইংদা লুক্রাম লিকলাইগী মমাং শঙ্গোইদা ইকাই খুমনরবা পুখ্রম্বম সুরচান্দনা ময়াই তাংবল লৌহ্নুনা মীতিন অমা ফমখি।

মীতিন অহুদা য়াওখিবশিং :—

১। পুখ্রম্বম সুরচান্দ ২। পুখ্রম্বম ইবোমচা ৩। ৱাংখেমযুম মধুসুদোন (তেনবীরেল) ৪। অঙোম নুংশিরৈ ৫। লুক্রাম অঙাংহল ৬। সরাংথেম অঙৌ ৭। লুক্রাম মধুমঙ্গোন ৭। তোইজম য়াইমা ৯। অঙোম মাধোপ ১০। তখেলম্বম বোকুল ১১। হিয়াংথাংদগী তোনা অসিনি।

মীফম অসিদা সুরচান্দ, ইবোমচা অমসুং বোকুল অহুম অসিনা নোংগাখ্রবা লাইনিংহল নাওরেম ফুলো কছার ঝাব্রিবোন, লাইশ্রম খুল মমাং লৈকাইদা পোকখিবনা মীতৈ লাইনিং লাইশোন অমদি মীতৈ ইনাৎকী মরমদা ঙাংন শকনরকপা, তমজরকপা ৱারী লিখুল কয়ামকম তমখি, ৱাথল্লোন অহুগী মরমদা কুপ্না খন্নখি। পুং ১১.৩০ তাবদা চাকলেন অমসু লাংহুনা তেংবান্নবা মপুদা লুকলেন কৎখি, ইমুং-মনুং থারগা মীওই ৩৫ বোয়্না লুক ফংখি, নুংথিন অমুক পুং ১ তাবদগী মীফম হৌখি, পুং ৪ চুপ্না খন্নরবা তুংদা য়েৎনবা লৈতনা মথাগী ৱারেপ-শিং অসি তানখি —

১শুবা ৱারেপ: হৌজিক-হৌজিক ঐখোইনা চৎলিবা ধর্ম্ম অসি অৱাইব, অতাংবা ধর্ম্মনি, অসি থাদোক্লগা মীতৈ ঐখোয়গী য়েলহৌঙৈদগী লৈজরকলবা শাগোমজরকলবা লাইনিং লাইশোন ইনাত্তা হল্লিন্নবা হোৎনবা । ০ ।

মীতৈ মরুপ হৌরকপশী মারী

২শুবা ৱারেপ— ঙসিগী মীফম অসিদা য়াওরিবা মীওই ১১ অসিনা লৈবাক মীয়ামদা শন্দোক্তুনা অখুবা মতমদা অহানবদা তাখিবা ৱারেপ অসি নোংমাইজিং খুদিংগী অয়ুক পুং ৮ তাবদা সরাংথেম অঙৌগী য়ুম (থম্বালখোং)দা ফমতুনা মরূপ অসিগী ৱা খুন্না নৈনবা

৩শুবা ৱারেপ— ১/পুখ্রম্বম শুরচান্দনা থৌবুরেন

২/সরাংথেম অঙৌনা শিন্নরেম্বা

৩/পুখ্রম্বম ইবোমচানা সেলুংবা

ওইনা মত অমত্তদা খনখি।

মরুপ অসি হৌদোকনবা ওইনা মখাগী মীওই (১০) অসিনা পুথোকনখিবা সেনফম

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১ | পুখ্রম্বম সুরচান্দ | লুপা ১০০/- | কৈশামপাৎ লৈমজম লৈকাই |
| ২ | „ ইবোমচা | „ ১০০/- | ,, |
| ৩ | সরাংথেম অঙৌ | ,, ১০০/- | থম্বালখোং |
| ৪ | অঙৌম নুংশিরৈ | ,, ১০০/- | ,, |
| ৫ | লুক্রাম অঙাংহল | ,, ১০০/- | ,, |
| ৬ | ,, মধুমঙ্গোল | ,, ১০০/- | ,, |
| ৭ | তখেলম্বম বোকুল | ,, ১০০/- | কৈশামপাৎ লৈমজম লৈকাই। |
| ৮ | তোনা | ,, ১০০/- | হিয়াংথাং |
| ৯ | তোইজম য়াইমা | ,, ২০/- | থম্বালখোং |
| ১০ | অঙোম মাধোব | ,, ২০/- | ,, |

(অপুনবা লুপা চনিপাল নিফুনি) ৮৪০/—

থৌবুরেন
পুখ্রম্বম সুরচান্দ
তাং | | ৪৪

## মীতৈ মরুপ হৌরকপগী ৱারী

মেরা থাবুং তাং । । ৪৪ ইংদগী মীতৈগী লাইনিং লাইশোন, মীতৈ হৌরকফম নাৎনচিংবগী ৱাফম কয়া শকোকথিরেন পুয়ানা য়ুমফম ওইরগা— ৱারেং ফোংবা হৌখি।
১ । কমেং, ২ । লুৱাংশংবম, ৩ । হিয়াংথাং ৪ । কৈশামপাৎ ৫ । তেরা কৈথেল ৬ । সগোলবন্দ শয়াং পুখ্রিমপাল ৭ । য়াইরিবোক তোপ চিনথা ৮ । উচেক্কোন খুনৌ ৯ । য়ুরেম্বম ১০ । লম্মাংদোং ১১ । তৌবুল ১২ । খোইজুমান ১৩ । ফৌগক চাওইখাই ১৪ । মোংশাংগৈ ১৫ । ইয়ামপাল নচিবা খুনশিং অসিদা মীতিন কয়ারক তৌহনা মীতৈগী হৌরকফম ৱারী অমম্থুং ইনাৎ শদোকপা হৌখি।



# পুং-ঈশৈগী থৌরম পুনবা শিন্নখিবা

তাং ৩০ । ৪ । ৪৫ইং শজিবু থাগী নিংথৌকাবা নুমিত্তা ১/পুখ্রম্বম সুরচান্দ, ২/তখেলম্বম বোকুল, ৫/সরাংথেম অঙৌ, ৪/নোংথোম্ব গৌরা মীওই মরি অসিনা ১/লুক্রাম ইবোতোন থম্বালখোং পুংয়ৈবা ২/কোঞ্জেংবম নবচন্দ্র ঈশৈ শকপা অনি অসিদা ঈশৈওইনা পুথোক্লবা ১/লাইনিংথৌ লাইপাও ২/থাইন নোংইন ৩/ইচেল অমম্থুং ৪/নোংগালম্বী অসিনচিবা লাইরিক অসি শিন্নখি।

লাইরিকসিং অসি হেক ফংবগা ইবোতোন, নবচন্দ্র অনিনা মতম অয়াম্বা পুন্না ফমমিনহনা তান্নহনা শৈহেক-শৈদা ইৱাই-ঈনিন ইহুন কায়দনা পানশিন্নবা হোৎনখি, ইশৈ ওইনবা হোৎনবা অসিদা মাইচৌ (ওঝা) চানম কলা শৈশকপানা মতেং য়ামনা পাংবিখি।

## পুং-ঈশৈগী থৌরম পুনবা শিন্নখিবা

মখাগী মীওইশিং অসি ঈশৈগী পালা ওইনবা শেমখি।

১। লুক্রাম ইবোতোন পুংয়েবা মকোক (হঞ্জবা)

২। যুরালাইলাৎপম সনাহনবী (হিদং)

৩। কোঞ্জেংবম নবচন্দ্র ইশৈহনবা (ইশৈগী মকোক)

৪। নোংথোম্বম মামো শৈশ্বুম্বা (ডুহার)

৫। পুখ্রম্বম সুরচান্দ খোলপাংবা

৬। অঙোম নুংশিরৈ মথং খোলপাংবা

৭। তোইজম য়াইমা ,, ,,

৮। অচোম মনি ,, ,,

৯। পুখ্রম্বম ইবোমচা ,, ,,

১০। চোংথাম গৌরা (ডুহার মথং)

১১। শরাংথেম থম্বালয়াইমা ,, ,,

১২। অঙোম লিলাসিং ,, ,,

১৩। অহৈবম তোমবাপু ,, ,,

১৪। লুক্রাম মধুমঙ্গোল ,, ,,

১৫। ,, ইবোতোম্বী ,, ,,

১৬। লাইরেনময়ুম য়াইমা ,, ,,

১৭। ,, নিত্যাই ,, ,,

১৮। বাইখোম কাহ্নাই ,, ,,

তাং ১৩। ৫। ৪৫ ইংগী নুংথিল পুং ২ তাবা মতসদা পুখ্রম্বম সুরচান্দগী য়ুম (হৌজিক মীতৈ শংলেন ওইরিবা থম্বালখোং), তখেনয়ুম চাওবা ফৌগাকচাওইখাইদা লৈবনা ময়াই তাংবন লৌহুনা অপুনবা মীতিন অমা ফমখি। মীতিন অহুদা মথক্তা পনগ্রবা খূল ১৫ (তরামঙা) অহুদগী লাকপা মীওই ১৫০ (চামায়াংখৈ) রোম তিন্নখি।

# মীতৈ মরূপ হৌরকপগী ৱারী

ময়াই তাংবন লৌবনা মীতিন অসি হৌরে হায়না লাওথোকখি। খন্নগদবা হিরম ইথোকলবা ৱারোলশিং ১/পুথ্রম্বম সুরচান্দ, বোকুল, ইবোমচা অহমনা পুখৎলকপা ইথোকলবা ৱারোনশিং অদু ঙাসেপম মনিকচান্দনা পাথোকখি।

১/ৱাংখেময়ুম মোধুসুদোন, ২/চোংথাম গৌরা, ৩/সরাংথেম অঙৌ, ৪/নোংথোম্বম যোগিন, ৪ (মরি) অসিনা য়ারে হায়না শৌগৎখি। পুং তরা চুপনা খন্নরবা (হুমিদাংগী নোংয়াই) মতুংদা য়েৎনবা লৈতনা মথাগী ৱারেপশিং অসি তাখি।

১শুবা ৱারেপ— তেংবানবা অসিদা লৈরিবা অচৎ-চৎত পুমনমকপু শেপ্নীরিবা লাই মশক খংনবা থিবা।

২শুবা—ঐখোয়গী ইরোম্না ইবুঙো মাগী কোলোই মিংলেন শক-শোনবা, মহৌশা ইপা ইপুনা নিংনরম্বা লাই-নিংবা।০।

৩শুবা— লোন থুদি মক হৈনবা হোৎনরগা মীরোন অদু হৈরগা মন্নুংগী ইচেন্দু লৌরগা ঐখেইগী লিচৎ শাজৎ লাইরিকতা চাওখৎনবা হোৎনবা অমসুং মীতৈ ময়েক হৈননবা হোৎনবা।০।

৪শুবা— হৌফম শাৎফম খংনবা থিবা শেন তিংদুনা লাইবু কোইতান তানবা তোকপা।

৫শুবা— নাপন তৌদুনা লাইনিংবা থাদোকপা, মীতৈ ঐগী ইমালোন চাওখৎনবা হোৎনবা, মী অমগা অমগা নুংশিননবা হোৎনবা অমসুং লাইরিক লেংদুনা লৈবাক মীয়ামদা খংহননবা হোৎনবা তৎতবগা তনদবগা থৌরি তারগা উইন্না লিরোনদুনা নুংঙাইনবা হোৎনবা।০।

৬শুবা— ইপা-ইপুনা চাররোইসি হায়না ৱাশক ৱারেপনখিবা চিনচাক থাদোকপা।০।

৭শুবা— মীতৈ ইনাৎপু নুংশিবিবা মীওইদগী নিদুনা অমসুং খাইনদুনা পুক্কৈ-লনকৈ অমা থম্বা।০।

# পোকপদগী শিবফাওবগী থৌরম তরাগী পাংথোক্নদবা চৎনবা পথাপ ।০।

১শুবা— মীওইবনা ইমাগী পিপুকনুংদগী তাইবং খোংদারকপা (হেক পোকপগা) মতম অদুমক্তা মাইবীনা খোইরি লিনসাং ককতুনা ইরুমাইতেং লোইরগা মপানা মপুগী মিংথৈরোন সোন্দুনা অঙাং অদুগী মনাকোংদা কাম্বীগনি। (মপা লৈতবা খোকলবদি নকনবা মপা মতোন, ময়াম্বা অমা নত্রগা অদনম্ব মিথৈ কাম্বা য়াই)

২শুবা— তরুকনি শুবা নুমিৎকী অযুক্তা মাইবীনা ইপান থাগনি পোংলামদি ফৌদাং, থুম-কাংগুপ, শিং কাংগুপ, চারিপরে অচুম, হৈবীংনা, লযুমকা, য়েন্দেমমকা, ভারিনচিংবা হাপতুনা শিঙ্জু সগনি। শিঙ্জু অদু য়াংকোক অমদা হাপকনি, মাইবীনা ইরাৎ থৌরম তৌগনি, মথংদা অঙাং অদুগী মচিন্দা ঈশিং খিনং ইনগনি, কুক কুক কুক শোনগনি, শিংজু অদুস্তু তরেৎলাক ইনগনি মম মম মম হাইনা, লারাক তরেৎ (৭) থাদুনা থম্নগা অমুক মুক ইলদুনগী শিঙ্জ অদু তরেৎ মক্তা হাপকনি, য়াংকোক অদুদা লারাক ৭ অদু থাঙ্গৎকনি খোংগান্দা মাইবানা লাইরোন শোন্দুনা থাদোক্কনি। মথং মাইবীনা চংঙকলগা য়াংকোক্তা অঙা তু হাপলগা মৈ ওক্কনি, মথংদা মমা-মপাদা অঙাং লৌগেরা য়াংকোক লৌগেরা হাইনা হংগনি, মপা মমানা অঙাং লৌগে খুমগনি, মপাগী ফমুংদা অঙাং অদু ঙহাক থমগনি মথং মমাদা শিন্নগনি। নুমিৎ অদুগী নুংথিন্দা মপামলোমদগী মচানুপী (অঙাংগী মমা) অদুনা চানা-থকনবা অফবা, অথুম অহাও, মনা-মশিং ফি ভানচিংবা কয়ামরুম পুদুনা মরুপ-মপাং খরগা লোইনদুনা থিনগনি।০।

মথংদা ইরাৎফু লাওনা পীবানা অঙাং অদুগী পুন্সি নুংশাংনবা

ইরাৎ থৌরম তৌগনি, মপা-মপু মরুপ মপাংনচিবশিংনসু অভাং অতুগী য়াইফ থৌরাংগী হৌদোকনবা ওইনবা শেনগী মতেং পিতুনা শেন তুংশিনবা হৌগনি ।

( ৬নি হাইবগী ঈচেল্দি— থল্লাই মগা মিংগা থাগা তরুকপু নুমিৎ ৬ নি হায়নালৌরগা ঈপান থাবনি) ইরাৎলিবা লাইরেম্বী অসিনা প্রিথাই খোংড্রাইবী লাইরেম্বী অসিদনি ।।

## য়ুম সেংবা

৩শুবা— তরানি শুবা নুমিত্তা য়ুম সেংগনি, অয়ুক্তা য়ুম কৈ তৈথোক নানথোক্নুনা ফিস্থ ফি-চাম লোইরগা পীবানা নাহৈরোন্নচিংবা শোল্লবা ঈশিং অসেংবা অতুদা তাইরেন পুংফাইনা লুপ-লুপতুনা চাই-চাইতুনা সেংদোক্কনি । মথংদা অংাং অতু ইরু মাইতেংলগা মপান্দা পুথোক্নুনা নুমিৎ-থা খুকমহনগনি ।।

## চউম্বা

৪শুবা — থা তরুক্তগীনা থা নিপানফাওবগী মনুংদা চাউমগনি । (চাক পিজবা হৌগনি) চাক অমসুং ভারম তরেৎনা তিল্লবা য়েনসাং থোংতুনা চাক ইনবা হৌগনি, সনা-লুপা লৈবাক লাইরিকনচিংবা থাতুনা থমলগা অভাং অতু থাদোক্নুনা অপামবা অমা পাইহন্নবা শিনগনি, অভাংনা পাইখিবা পোলম অতু য়েংলগা মপা মমানা ঈশিন্দুনা থমগনি ভুংদা মহৈ-মশিং তম্বা কান্দ নিংশিংগনি ।।

## নাহুৎ নারেংগী থৌরম

৫শুবা— চহি ৩ লালবা ৪ হেক চংংকপ মহাসু য়ৌদ্রিভৈ ( চহি মরিগী মনুংদা ) মশম-মনা কোক্নুনা ঈশিং অসেংবা হৈথতুনা ইরু থোক্কনি, ফিজোন অহনবা শেৎপিতুনা বোয়েৎ ফেয়েৎ য়েৎপিতুনা

লিক-কোন কয়ামরুম সিবিত্থনা অসেংবা ফক অমদা ফমহনগনি, ফক অতুগী মাংওইননা চুক মরি লফু চুনচিংবা য়ুংত্থনা থক্তা থকখন খন্দুনা খাদা মৈ ইরাৎফু লিংগনি, পীবানা লাইশোন তিন-শোন শোন্দুনা ইরাৎ তৌগনি, অহৈবা অমনা না হুৎকনি, মপুগী মিংখৈ-রোম্নচিংবসু শক শোনগনি ।০।

## শিন্দম্বা হৌবা

৬শুবা— চহি মঙা চংলকলবদা মহৈ-মশিং তম্বা হৌগনি। শিন্দম্বা হৌবা মতমদা অঙাংত্থগা চান্নগদবা য়েংগদবনি।

## মিংখৈ ফংবা

৭শুবা—চহি তরেৎ শুবদগী মিংখৈ পিবা য়ারে, মিংখৈরোন পিবদি মপানা পিগনি নত্রগা মপা মতোন নত্রগা শাগৈগী পীবানা পিগনি, ইরাৎফু লিংত্থনা মৈ ইরাৎকনি, মিখৈরোননচিংবা শক-শোনগনি, পীবানা ইরাৎ থৌনিরোন পাংথোকনি। মিংখৈরোন্দি তরাতরুক (১৬) অসিনি—"হৈয়া, মহি হৈয়া, মহি, মহি, মহি, হৈয়া হৈয়া হৈয়া, ভৌবা হৈয়া, ভৌবা, ভৌবা, ভৌবা, ভৌবা, হৈয়া, হৈয়া" মসি অঙাংঅত্থদা তম্বিগনি। লংহি-লংসেং মচা তরেৎ তাবা লংলা তরেৎ অত্থ পুননা কিশি অহুমলক কিশিনগনি, কিশি অদদা মিংখৈরোন ১৬ অদ শোনগনি, অদগা হুকচিনবিগনি (শিজিন বিগনি) লিকপরেং (সনা-লুপাগী, নত্রগা উগী ওইরবসু) অমা শিবিগনি ।০।

## লুঃ হোংবা=লুহোংবা

৮শুবা— শোম্নবুংদা মিংখৈরোন শক শোনগনি, শোম্নবুংগী অবাং থংবা নত্রগা মমাংথংবদা (শোম্নবুং ময়াই নত্তবা) চুক মরি য়ুংত্থনা থক্তা থকখন খন্দুনা মৈ ইরাৎকনি, ইরাৎফু লিংগনি, পীবানা লাইশোন তিনশোন তৌগনি, ইরাৎযুগী মনিং থংবদা লুহোংকান থাগনি

নিপানা কোয়েৎ শলাই য়েৎকনি, নুপীনা ফনেক ময়েক নাইবা শেৎকনি, লেশোন ফ্রিৎ লিৎকনি, কোক্তা কজেংলৈ উপকনি সনা-লুপা কয়ানা লৈতেংলবা লিক-কোন খুজিমচিংবা শিগনি, নিপা-নুপী অনিমক পীবানা নাহৈরোন শোন্দনা শেংদোক্কনি, নিপানা য়েৎতা নুপীনা ওইদা ফমগনি, পীবানা নিপা-নুপী অনিমক্তা তম্বিগনি খংহনগনি— নুপী অহুনা ওইরম্মিবা সাগৈগী য়েক শলাই অহুদগী নিপাগী য়েক শলাইদা ঙসিদগী তিল্লবনি হায়না নুপী অহুদা তাকপিগনি. নিপাদসু ঙসিদগী ঐগী সাগৈগী য়েক-শলাইদা তিল্লবনি হায়না খংহলগনি, নিপা-নুপী অনিমক বাশক বারেপনহনগনি, নিপা-নুপী অনিমক্কী পু অহুম— ১/মপা, ২/মপুবোক, ৩/মপুধৌ, ১/মমা, ২/মবোক, ৩/মবেনধৌশিং অসিগী মিং শোন্দনা, কৌথহুনা তাহনগনি-খংহনগনি, কম্বি অমদা চেং হৈ মনক নাইবা, লযোইলফাং চং থোকপা, ফৈজোম কোয়েৎ থাং কাতি হাপপা কুজবোৎ অহু নুপীগী মমানা মচা মমাক অনিগী মখুৎ পুল্লগা থাংকৎতুনা হাপ্পীগনি, নুপীগী মবুং মৌপবা মরূপ মপাংশিনা দান পিগনি, সেন থাদবিগনি, কুজবোৎতু নিপগী মমাদা শিন্নগনি। নুপীনা মপুরোইববু লাইনি খন্দুনা য়েংলোইননা ৩লক/৫রক/৭রক কোইহনা লৈরাং খুজোক চাইথগনি, লৈপরেং অনিসু মপুরোইবদা লুক্কনি, মপুরেইবনা লৈপরেং অমা লুকতোবলগা নুপীহুদা লুকপিগনি, নিপা-নুপী অনিহুনা হৌগৎতনা মাংদা ইরাৎ থৌরম তৌরিবা অহুদা থৌনিজহুনা খুরুমগনি, নুপীনা মাং থাহুনা ইমুং চংগনি--লৈমরেন, লাইনিংথৌ খুরুমগনি, অচা-অথক কাংশুবীনচিংবা লাম্নহুনা চা-থক্কনি, নিপাগী মমানা পানা কা লানগনি। নিপা ময়ুমনা লুহোংবা লাকপদা অপোক

অসা পুরক্কনি অতুগা মুপীময়ুমনস্থ নিপা ময়ুমদা মুপী থিনবা মস্তমদা অপোক অসা পুগনি।

## শিবগী থৌরম

৯শুবা নোংগারমদাইদা (শিরমদাই) অমাইবনা য়াইবী য়াইবী থবাই মঙানা মপুগী লৈকোন্দা লৈরাং লৈনম ওইমা তিনখরে হায়না লাওহুনা নাকথরোমদা অশিবা অহু পুথোকলগা শুমাংগী খাংঙেনফমদা থমগনি, ঈশিং অশাবনা ইকথোক্কনি, পীবানা নাহৈরোন শোন্দুনা সেংদোক্কনি ফিজোন অহনবা হোংদোক্কনি কুরোন অহুম লোন্দুনা লৈগী মোন অমা হাপতুনা ফম থাগনি ফম অতুদা থাংগৎকনি, খুয়া-লুখুম, খোইদোসেন, পুন্সি চেংজেন লাইরম চৎকী চেং অমস্থং য়েনসাং নাপীনচিংবা অচা অথক কয়াস্থ হাপকনি, কোক্তা লৈরাং লৈহন তমগনি, মখা তাননা পুবগা মৈচাক ফনবা সেমলবা শীং মথক্তা থাংগৎতুনা থমগনি, অসেংবা চফু অমদা ঈশিং সোক্কনি পীবানা নাহৈরোন শোন্দুনা সেদোক্কনি মৈ ইরাৎকনি, মপা-মচা, শাগৈ নাতৈশিংনা ইরাৎলিবা মৈ অহু লৌতুনা শীং অতুদা মৈচুতুনা থাগনি। মসিগা লোয়ননা মিংখৈরোন শক-সোনবা অতুস্থ লোইশিনগনি। মৈ থাবা লোইরবদা পীবানা শাগৈ অসিদা লৈরম্বা য়েক সলাই অসিগী মিং অসি কৌরগা থবাই মঙানা মপুগী লৈরাং লৈবোন্দা লৈনমওইনা তিনখরে হাইনা লাওগনি, ময়ামনা য়াইরে হায়না খুম্বগা লোইল্লা থৌরমতু লোইশিনগনি '০।

শিবা নুমিত্তগী তরানি চুপ্পা লাইরিক তাবা-মিংখৈরোন শক-সোনবা তৌগনি, মঙানিশুবা নুমিৎতি অয়ুক ওইনা লাইরিক তৌগনি, তরানিশুবদা য়ুম শেংগনি, তরামাথোইনি (১১) শুবা

সুমিত্তা লাম্না থৌরম তৌগনি, ( চুকসা মোইথেম্বা ) চহি তরা-নিথোই (১২) সুম্রিবা অমসুং ঙিংখৈরোন লৌম্রিবা মীওইগীদি ৬নি য়ুমসেংগনি, ৭ ( তরেৎনি ) দা লাম্না-থৌরম তৌগনি।০।

লাম্না-থৌরমদা— পোৎলম ১৬ (তরা তরুক) কৎকনি, ১/ফক অমদা ফি অহনবা অমা কুপতুনা থাবা, ২/ফুরিৎ ইন্নফি কৈজোম-নচিংবা ফি খর থাবা, ৩/য়েনপাক অমা থাবা, ৪/খুকম অমা থাবা, ৫/মনা মশিংগী অথেন পোৎ, ৬/হৈ মনম নাইবা ৭/লৈ মনম নাইবা, ঈশিং দোনা অমা থাবা, ৯/লৈবাক মতুম অমা থাবা, ১০/ফৌদাং ১১/সনা, ১২/লুপা, ১৩/লুকলেন অমা, ১৪/পানা কা, ১৫/ফৈরা ১৬/থৌরি অমা।০। অসিনি।

১০শুবা— লাম্না থৌরম থোকখিবা থা অদু থাদনা (য়াওদনা) থা তরা লাইনিংথৌদা চেং হৱাই মনা মশিংনচিংবনা শেম্বা অথেনপোৎ কৎকনি, মথংদা, চহি অমা শুবা নুমিত্তা মিংখৈরোন শক শোনবা লাইরিক তাবা ইরাৎফ লাতুনা পাবানা লাইসোন-তিনশোন তৌতুনা লুকলেন অমা তাইবং মপুদা কৎলগা লোইশিনগনি।০।

———

তাং ১৩ | ৫ | ৪৫ ইংদা ফমখিবা কমিটিনা মথং ১৪ | ৫ | ৪৫ ইংগী অপুনবা মীফমদা খন্নবা পেপরবা।

৩শুবা— বারেপ=থৌপুবা খনবা।০।

১। পুথ্রম্বম গুরচান্দ— থম্বালখোং থৌপুরেন

২। ঙাসেপম মনিকচান্দ— সগোনবন্দ শিম্নরেম্বা

৩। নোংথোম্বম নারান—লুরাংশম শেলম্বা

৪। পুখ্রম্বম ইবোমচা— থম্বালখোং ঙমথংশিনবা

৫। চোংথম গৌরো খাইদলাকবুং থৌপুবা
৬। লুক্রাম ইবোতোন থম্বালখোং ”
৭। হাওদিজম ইবোতোন কৈশামপাৎ
লৈমজম লৈকাই ”
৮। মোংজম ইবোতোন হোদাম লৈরক ”
৯। অসেম সেনাপতি— সেগাইবী ”
১০। সরাংথেম অঙৌ— থম্বালখোং ”
১১। তোনা— হিয়াংথাং ”
১২। গুরুমযুম বিনেশ্বর— থাঙপাৎ মপান ”
১৩। যনসেনবম নিত্যাই— কমেং ”
১৪। তখেনময়ুম চাওবা—ফৌগাকচাও ইখাই ”
১৫। তোংব্রম নিংঙোন সবী— নিংথেম পুখ্রিমপান ”

৪শুবা বারেপ=পথাপ পিবা কাংলুপ।

১। তঃ বোকুল—কৈশামপাৎ লৈকাই লৈমজম থৌপুরেন
২। নোংথোম্বম গৌরো— লুরাংশংবম শিন্নরেমবা
৩। অঙোম নুংশিরৈ— থম্বালখোং থৌপুবা
৪। সরাংথেম ইবোমচা— ” ”
৫। ঙাসেপম মনিকচান্দ— সগোলবন্দ ”
৬। পুখ্রমবম শুরচান্দ— থম্বালখোং ”
৭। ” ইবোমচা— ” ”

৫শুবা বারেপ= পুং ঈশৈ থৌরমগী থৌপুবা

১। লুক্রাম ইবোতোন— থম্বালখোং থৌপুরেন
২। কোঞ্জেংবম নবচন্দ্র— কমেং শিন্নরেম্বা
৩। চোংথাম গৌরো— খাইদলামবুং থৌপুবা

৪। লাইহুরেনময়ুম নিত্যাই— কমেং ,,
৫। তোক্‌চম য়াইমা— থম্বালখোং ,,
৬। অঙোম লিলাসিং ,, ,,
৭। কাইথোম কাহ্নাই— লুৱাংশংবম ,,

৬শুবা— বারেপ= মীতোপকী লাইনিং লাই-শোন চন্দোন বনা হাপ্পা লুগুন মচা তরুক থাংবা, মীরোন্দ ঈশৈ শকপানচিংবা থাদোকপা।

৭শুবা বারেপ—য়েক তরেৎকী মচু তরেৎনা ফিরান ওইবা।

৮শুবা বারেপ—মিংনা— "মীতৈ মরূপ মনিপুর ষ্টেট", হাইনা কৌগনি।

৯শুবা বারেপ— পুং ঈশৈ থৌগন লুপনা ইচু ফী অঙাংবা (মৈ মচু উরৈ-রোম শংবা) সেৎকনি।

ফৈজোম, য়ুরিৎ পুময়াৎ, ঙক্তা ইন্নফী মিংখৈরোল নম্বা অমা য়ানগনি। পীবাস্থ ফীঙাং সেৎকনি।

১০শুবা বারেপ — অথুবা মতমদা শ ল্লেন (মীতিলশং) অমা শাবা, শাবা ঙমদ্রিবা ফাওবা মতম খরগী পুখ্রমরম স্বরচান্দগী ময়ুম থম্বাল-খোংদা ওইগিগনি হায়না লেপ্পরে।

১১শুবা বারেপ— ঙসিদগী হিন্দু ধর্ম থাদোকলবা হায়না লেপ্পরে।•।

মথক্কী বারেপশিংসি মথংগী মীফম হায়বদি তাং ১৪/৫/৪৫ ইংদা খুদোক্লি।

## মীতৈ মরূপ ফোংবা

তাং ১৪।৫।৪৫ ইং কালেনথাগী হুমনি পানবা নিংথৌকাবা নুমিৎকী অমুক পুং মঙা তাবা মতমদা তেংবানবা মপুদা কৎননবা লুক হৌখি, লুক হৌবা মীওইশিংদি= ১/গুরুময়ুম বিশোর ২/কৈসাম চাওবা ৩/পুখ্রম্বম গোকুলচান্দ, অহুম অমিনা লুক হৌখি, (চাকথোংখি)

৪/ষনসেনবম য়াইমচৌ কমেংদা লৈবনা অরাংকম ক্ষমখি। অয়ুক পুং ১১ তাবদা তেংবানবা মপুদা লুকলেন অমা কৎখি, মীওই ১৭০ রোম লুক ফংবা য়াওখি।

নুংথিল পুং ১ ত.বদা অপুনবা মীতিন যমখি, মাংখৈময়ুম মোধুশুদোল্লা খৌবুরেন ওইখি, (মান্দে.পমপু)
খৌবুরেন্না ঈশৈ হৌরমদাইদা মিংখৈরোন লাওখি— ওসিগী য়াইফরবা পুংফমসিদ সিদমপুগী মিংলেন অথোইবা শক শোনবা হৌরসে হায়না লাওথোকপগা লোইননা ঈশৈ হৌখি।

ঈশৈ অসিদা য়াওখিবা মীশকশিং ১/লুক্রাম ইবে.তোন থম্বালখোং পুংচৈবা মকোক চংপা, ২/ফুরালাইলাৎপম সনাহনবা সেগালন্বী তু ইনবা।

অতুগা অতৈ পালা য়াওখিবা মীওইশিংদি মথাগী অসিনি—

| | | | |
|---|---|---|---|
| ৩। কোঞ্জেংবম নবচন্দ্র— | কমেং | ঈশৈনহনবা | |
| ৪। নোংথোম্ব মামো— | লুরাংশংবম | শৈশন্বা (তুহার) | |
| ৫। পুখ্রম্বম শুরচান্দ— | থম্বালখোং | খে.নপ.ংবা মকোক | |
| ৬। অঙোম মুংশিরৈ— | ,, | ,, | মথং |
| ৭। তোইজম য়াইমা— | ,, | ,, | ,, |
| ৮। অচোম মনি— | ,, | ,, | ,, |
| ৯। পুখ্রম্বম ইবোমচা— | ,, | ,, | ,, |
| ১০। চোংথাম গৌরো— | ,, | তুহার | মথং |
| ১১। সরাংথেম থম্বানয়াইমা— | ,, | ,, | ,, |
| ১২। অঙোম লিলাসিং— | ,, | ,, | ,, |
| ১৩। অহৈবম তোম্বাপু— | কমেং | ,, | ,, |
| ১৪। লুক্রাম মধুমঙ্গোল— | থম্বালখোং | ,, | ,, |
| ১৫। ,, ইবোতোম্বী— | ,, | ,, | ,, |
| ১৬। লাইরেনময়ুম য়াইমা— | কমেং | ,, | ,, |

১৭। লাইরেনময়ুম নিত্যাই— কমেং ,, ,,

১৮। ৱাইখোম কান্থাই— ,, ,, ,,

অহৌবদা পুংয়ৈবনা হুং-সিদবা মপু ইবুঙো, অপোকপা পোকলেন পোকপা শাৎলেন শাৎপা সিদবা মপু হায়না চিন্দা শোল্লগা খুৎনা পুংগী মরেন ওইনা খৎতুনা য়ৈবা হৌখি। ইশৈ শকপনা হুংনা নিংনা নওংনি হায়না শৈহৌখি। মথংদা লেংশিনবিরকউ পোকলেন পোকপা শোম্নপুংগী য়াইদা, হাইবা মপুবু শোম্নপুংগী ময়াইদা থক্তা থকখন খল্লিব। ফমবানথারিবা মফম অদুদা কৌশিনজদুনা শকই, মথংদা ইচেলগী শৈরেং মপুগা মতিক ময়াই থাবা মথংদা তেংবানবা লাইনিংথৌ লাইপাঙগী ইচেল শকখি, মথংদা ইমা লৈবাকপু শৈথাবা কৌক্রুচিংনা লেনফুনি, কংলানা খোইদৌনি, লোক্তাক্লা সনা তেংকোৎনি হায়বা শৈরেং অদু শকখি, অরোইবদা নোংগা লম্বী শকলগা য়াইফরোন লাওদুনা লোইশিল্লি।

হুংথিল পুং ৩ তাবদা ৱরেং ফোংবা অমহুং নৈনবা হৌখি।

১শুবা— তখেলময়ুম বোকুল থৌপুরেন পথাপপিরনা পাখিবা মতাং ঐগী ৱারেং লাইরিক্কী মন্নুংগী ইচেল মপানগী ইচেল, সুগাইনা (নামত্তানা) ঙাংখি, মীতৈগী লাইফম তিনফম শকোক থিরেন পুয়াগী মন্নুংগী ইচেন মীগা লাইগা শমনরকপা, লৈশেমলকপা খুনথোবলোননচিংবগী ৱাফম কয়াম্থ ঙাংখি।

২শুবা— পুখ্রম্বম সুরচান্দ থৌপুরেন্না থৌপুবগী শক শোনখিবা ইশৈশিং অদুগী মন্নুংগী ইচেল, মপানগী ইচেল শন্দোকনা ঙাংখি। মতম কুইনা লৈখা তারুরবা, মাংঙরবা ইমালোন মীতৈলোন অসিদা ইশৈ শকখিবদুদা হরাও হুংঙাইবা ফো দোকখি।

৩শুবা— পুখ্রম্বম ইবোমচা (থৌপুবা) না ঙাংখি— ইনিংথৌ পামহৈবা সনা হাক্তক্তা সান্তিদাস কোবা মীয়ান অমা লৈবাক অসিদা

চংঙক্তনা মীতৈগী লাইগী মশক শইরবা পুয়া য়াইরিক খোম-গৎতুনা মৈ থাখিবা মীতৈ ঐখোয়গী য়েলহৌমৈদগী লৈত্তরকলবা লাইনিং লাইশোন লাইনিং-তিননিং পাথোকহল্লগা মীতোপ্পকী রামন্দি ধর্ম্ম চৎহন্নবা থোরাং তৌবগী মরমদা মচা তানা বারেং ফোংখি।

৪গুবা— ঙাসেপম মনিকচান্দ শিন্নরেম্বা (জেঃ সেক্রেটরি) না মীতৈ মরূপকী বারেপ ১০ (তরা), অতু পাথোক্তনা মীয়ামদা তাহনখি খংহনখি, মীয়াম অতুনা য়ারে, য়াইফরে, হায়না লাওনা লাওনা হুরাওবগা লোইননা অয়াবা পিখি।

মতিন অতুদা মীওই ১০০০ (লিশিং) মুক তিনখি।

স্নরচান্দনা মিংখৈরোন লাওখি অতুগা ময়ামনা খুমখি।

১/লানিংথৌসনা মহিনা খুম্বা— য়াফরে

২/অপোকপনা ,, ,,

৩/ইমা লৈবাকনা ,, ,,

৪/নাওরিয়া ফুলোনা ,, ,,

হায়না অহম অহুমলক হন্না-হন্না লাওবগা লোইননা থৌরমহু লোইশিনখি।

থৌরম অতুদা লুচিংবা হূপী কাম্লুপশিং— ১/ক্ষোংত্রম নিংঙোন সবী— নিংথেমপুখ্রি মপাল, ২/পুখ্রম্বম ওংবী কামনি, ৩/অথোক-পম নিংঙোল যুবোতী, ৪/পুখ্রম্বম ওংবী তম্ফা, ৫/পুখ্রম্বম ওংবী মুখি, ৬/সরাংথেম ওংবী তোলৈম, ৭/ঙাসেপম ওংবী মাধবী, ৮/কোঙ্গেংবম ওংবী লৈবাকলৈ, ৯/নোংথোম্বম ওংবী লুবাংলৈমা ১০/থৌকচোম ওংবী হুংশিরৈ, ১১/নোংথোম্বম ওংবী রাধে ১২/নোংথোম্বম ওংবী যুবোতী ১৩/লৈমজম নিংঙোন মেরা।

থোৌরম অদুদা নিপা মুপী মীওই লিশিং অমরে.ম (১০০০)তিনখি শকনাইবা কয়ামুকসু য়াওখি।

## মীফম থোৌপুবা কাংলুপ

তাং ২০/৫/৪৫ ইং নোংমাইজিং নুমিৎকী মুংথিল পুং ১ তাবা মতমদা পুখ্রম্বম সুরচান্দগী য়ুমদা থোৌপুবা কাংলুপ পথাপ্পীবা কাংলুপ ২ পুন্না ফমখি। ময়াই তাংবন সুরচান্দনা লৌখি, তখেল্লম্বম বোকুল থোৌপুরেন পথাপ্পীবনা অথোইবা তাংবল লৌখি।০।

মীতিন অদুদা লাকখিবা পাথাপ্পীবা থোৌপুবশিং—

| | | |
|---|---|---|
| ১। | পুখ্রম্বপ সুরচান্দ | থোৌবুরেন |
| ২। | ভাসেপম মনিকচান্দ | শিন্নরেম্বা |
| ৩। | নোংথোম্বম নারা | সেল্লুংবা |
| ৪। | পুখ্রম্বম ইবোমচা | ভমথং শিন্নরেম্বা |
| ৫। | চোংথাম গোৌরো | থোৌপ.বা |
| ৬। | লুক্রাম ইবোতোন | ,, |
| ৭। | হাওবিজম ইবেতোন | ,, |
| ৮। | খো.জোম ইবোতোন | ,, |
| ৯। | অসেম সেনাপতি | ,, |
| ১০। | সরাংথেম অঙৌ | ,, |
| ১১। | তোনা হিয়াংথাং | ,, |
| ১২। | গুরুময়ুম বিনেশ্বর | ,, |
| ১৩। | ষনসেনবম নিত্যাই | ,, |
| ১৪। | তখেময়ুম চাওবা | ,, |
| ১৫। | তোংব্রম নিংঙোন সবী | ,, |

## পথমগী পিবা কাংলুপশিং

| | |
|---|---|
| ১। তখেল্লম্ম বোবুল | থৌপগ্রেন |
| ২। নোংথোম্বম গৌরসিং | শিন্নরেম্বা |
| ৩। অঙোম নুংশিরৈ | থৌপুবা |
| ৪। সবাংথেম ইবামচা | " |
| ৫। ঙাসেপম মনিকচান্দ | " |
| ৬। পুখ্রমবম সুরচান্দ | " |
| ৭। " ইবোমচা— | " |

মাগী-মাগী থৌরম সিনফমশিং পুগাদবগী মরমদা পুং ৭ চুপা খন্না নৈনরবা মতুংদা মথাগী মীওইশিং অসি হন্নবা ৱারেপ তাখি—

১শুবা ৱারেপ— পুং ইশৈগী মিংথৈরোন শক-শোনবগীদা-

| | |
|---|---|
| ১। লুক্রাম ইবোতোন পুংয়ৈবা হঞ্জবা | (মকোক) |
| ২। কোঞ্জেংবম নবচন্দ্র ইশৈহনবা | " |
| ৩। চোংথাম গৌরা শৈথুনা | " |
| ৪। অঙোম নুংশিরৈ | " |
| ৫। সরাংথেম নাখো | " |

মঙা অসিবু থৌপুবা খল্লে।

২ শুবা ৱারেপ— ১/লারেনময়ুম য়াইমচৌবা ২/অঙোম লিলাসিং অনিবু অরাংফম ওইনা খল্লে।

৩শুবা ৱারেপ—পিবাগী থৌরম পুনবা—১/গুরুময়ুম বিনেশ্বর ২/ঙাসেপম মনিকচান্দ, ৩/পুখ্রম্বম ইবোমচা, ৩/খুন্দ্রাকপম মনি ৫/তখেলময়ুম চাওবা মঙা অসি লাইথৌ-তিনথৌ তৌনরবা অমম্বং মীয়ামদা

তাকপি-তম্বিন্থনা শন্দোকনবস্থ খল্লে।

৪শুবা ৱারেপ — ১/গুরুময়ুম বিনেশ্বর, ২/কৈসাম চাওবা, ৩/পুখ্রম্বম গোকুলচান্দ অহুম অসিবু লুকহোবা (চাকথোংনবা) খল্লে।০।

৫শুবা ৱারেপ — ৱারেং ফোংব (মীপুমখুদিংদা মীতৈ ইনাৎ শন্দোকপা) ১/তখেলম্বা বোকুল, ২/পুখ্রম্বম সুরচান্দ, ৩/ঐ ইবোমচা, ৪/গুরুময়ুম বিনেশ্বর, ৫/হাসেপম মনিকচান্দ, ৬/নোংথোম্বম নারান, ৭/তেনস্থবম লখেল, মীওই তরেৎ অসি খল্লে।০।

মপীগী ওইনস্থ ১/তাংব্রম নিংথোন সবা, ২/অথোকপম নিংথোন যুবোতি অনিবুস্থ খল্লে।০।

## থোপুবা কাংলুপকী চৎনা মখাগ

১শুবা ৱারেপ-(ক)কালেনগী হৃমনি পানবা খুদিংগী অপুনবা মীফম ফমগনি, থৌপুবা কাংলুপস্থ খনগনি (থৌপুবগী মপুংস চহি অমা তমক ওইগনি)

(খ — মীফমগী পাও চেবাও মমিৎ তরেৎনি মতমপীদুনা কৌগনি।

(গ)—থৌপুবা লেপকদবা মী ওইরবদি মীফমগী নোংমা ৱাৎলিদৈদা মীরেপ চে পিশিনগনি। মীখন পাংথোবপদা অয়া-য়াদ য়েংশিনবা অমস্থং মীখনগী থবক পূননবা মীওই অহুমস্থ হাপকনি, অয়া-য়াদগী মপুং ফারবা মরোনশিং ইদুনা পিখৎলক্কনি, অয়াবাশিংদু ইদুনা থেৎকনি,

(ঘ)--য়ারবা মীরেপশিং অদু তিল্লিবা মীশিং অদুগী অয়াবা লৌগনি, য়েৎনবা লৈতনা য়ানরবদি অদুমমক খল্লে লাওথোক্কনি অদুগা য়েৎনবা থোকলবদি মশিং হেন্না য়াবনা ওইগনি, (খনগনি)

(৬)— থৌপুরেনসু মীয়াম্ন খনগনি, শিন্নরেম্বদি থৌপুরেন্না অপাম্ব খঙ্গগনি ।৹।

২শুবা ৱারেপ— থৌপুবা তোকপা

১/শিন্নবা, ২/মিহুন চোইরবা (ডাওরবা) ৩/মশানা তোকচরগে হায়না অইবা চে পিন্নবা, ৪/চৎনা পথাপকী ৱাংমদা (মাইয়োক্তা থবক তৌরবা), ৫/অতোপ্পা লৈবাক অমা হোংথ্রবা অসিনচিংবা থোকলবদি থৌপুবা তে.কনি ।

৩শুবা ৱারেপ— অৱাংপা হাপচিনবা

মথক্কী ২শুব- ৱারেপতা লৌথোথ্রবা, তোকথ্রবশিংগী মহুৎশিনবা থৌপুবা হাপচিনবগী পাংগন কমিটিদা লৈগনি ।

৪শুবা ৱারেপ—থৌপুবগী মীফম খন্নগদৌবা হিরমগী মনুংচন্দবা (য়াওদবা) ৱাফম অমা থাংকৎলকলবদি থৌপুরেন্না য়াহনবা অমসুং য়াহন- দবা ঙম্মী, ৱাফম অহু কন্না য়েৎনরকলবদি মথংগী মী ফমদা খন্নবা থমগনি ।৹।

৫শুবা ৱারেপ— থৌপুবা মীফমগী চে পাও পিবগি, মতম নুমিৎ ৭ (তরেৎ) নি পিগনি, থব় থুবা ওইরগনা নুমিৎ ৫ (মঙানি) য়ামনা থুবা তঙাইফদবা ওইরবদি পুং ২৪ গী মতম পিরগসু মীফম কৌবা য়াগনি ।৹।

৬শুবা ৱারেপ— নিংশিং থৌরম

মন্নওইবা লুচিংবা মীওইনা নোংগাথ্রবা (শিন্নবা) দি অথুবা মতমদা তৌবিমন উৎপা, ইকাই খুমনবা উৎপগি থৌরম পাংথোক্কনি ।

৭শুবা ৱারেপ— "অখন্নবা থৌরম, চহি খুদিংগী তৌগদবা থৌরম"

## পথপ পিবা কাংলুপশিং

১বা— শজিবু থাগী নোংমা পানবা ইবুধৌ পাখংবা ইরাৎপা, অথেন পোৎ কৎপা।

২শুবা— কালেনগী হুমনিপানবা মীতৈ ইনাৎপু ঙাকসেন্দুনা থমনবা হোৎনবিরম্বশিংবু নিংশিং থৌরম।

৩শুবা— থবান থা-কুননিথোইনি পানবদা নোংগাথ্রবা লাইনিংহন নাওরিয়াগী তাইবং খোংদারকপা নিংশিং থৌরম পাংথোকপা,

৪শুবা— মেরা নোংমা পানবা চাওরেন হৌবা নুমিত্তা ইমা লৈমরেন ইরাৎ থৌরম তৌবা, (হরাওবা)

৫শুবা— হিয়াংগৈ নোংমা পানবা লাইনিংথৌ-লাইরেনবী অনিমক্তা অচা-অথক মহৈ-মরোং মনা-মশিংনচিংবা পোৎ অনৌবা মথলশি ঙমজবা খরদং কৎপা।০।

৬শুবা—বাকচিংথা ১২ (তরানিথোই)নি পানবদা ইমা ইবেম্মা লাইরেম্বী ইমোইনু ইরাৎপা।০।

৭শুবা— লমদা থা অহানবা থাংজা নুমিত্তা লমলৈমা ইমা ইরাৎপা চহি মপুং ফারবা (নুমিৎ চহুম হুম্ফ্‌, মঙা) সুবা নুমিত্তা লাই-খন্দি লাল্লুপকি থৌরম পাংথোক্কনি।০।

ইনিংথৌ বোধচন্দ্র সনা হাক্তক্তা ব্রহ্মসভাদা ক্লেম থাংকৎলকখিবা বাকৎলকপা মীওইশিং (দরখ্‌াসকারিশিং)—

১। লাইশংবম তোম্বাসিং কৈশামথোং লোংজম লৈরক কমেংদা লানজেন্দুনা লৈবা

২। লোংজম তোমচৌসিং কমেং

৩। নাওরেম বোকুলসিং ,,

৪। লৈশাংথেম কৈরুংবসিং ,,

———

## মীতৈ মরূপ ফোংবা

### কেস নং ৬১-১৯৪৫ ইং জুন—

১। কোঞ্জেংবম নবচন্দ্র— কমেং
২। লাইরেনময়ুম নিত্যাই— „
৩। ষনসেনবম য়াইমচৌবা „

মীওই মরি অসিগী মথক্তা

সনা মহি লাইনিং চৎলে, চন্দোন বানা হাপত্রে, লুগুন মচা তরুক থাংদ্রে, গৌরীয় ধর্ম্ম চৎত্রে হায়না ব্রহ্মসভাদা ৱাকৎ চে (দরখাস) থাখি, মীওই মরি অহুদা (সোমোন পিহুনা) কৌখি, মরোন অহুদা মখোই মরি (৪) গা সনা মহি লাইনিং চৎলবা মীতৈ মরূপকী লুচিংবা মীওইশিংগা লোইননা কারকউ, হাইনা ইরকখি (কৌখৎখি) তারিক নুমিত্তা লুচিংবা মীওই কয়ামুক কাখি, কুম্মৈ য়েংবা ভাবোক ২০০ রোমস্ লাকখি, লুচিংবগী মনুংদা কারুসি য়াখিদবা ১/অঙোম নুংশিরৈ ২/লুক্রাম অঙাহন অনি অসি কাখিদে। মতম ৰর পোথাখিগে হায়খি। চরি অনিরোম ৱাহং-পাওথুম তৌনরবা মতুংদা ব্রহ্মসভানা হুকুম(রাই) হায়দোকখি। মহুদি—

মেমো নং ৬১ ব্রঃ সঃ রঃ তাং ৩১/১০/১৯৪৭ ইং প্রজা পুমনমক্তা খংহল্লি ব্রঃ সঃ বাজে ১০৭/৪৫ নংগী কেসতা ১সুং অতৈ-অতৈ প্রজানা লাওনবহুদা মখাগী মীশিং অসি মীতৈ মরূপ নত্রগা সনা মহি ধর্ম্ম চৎলবা ঙাক্তনি হায়না খংবা ঙমই। মখোই অসি দেব অমসুং ব্রাহ্মন থাদোকলবা ঐখোইগী উপাসনা দেবতাবু নিন্দা তৌদুনা মানিদ্রবা চন্দোন মথিন মান্নদ্রবা গৌরধর্ম্মগী অচার ব্যাবহার পুমনমক থাদোল্লবা মান্নদ্রবা কাংবুনি। গৌর ধর্ম্ম চৎপা মী অমত্তনা মখোয়বু উসব মেলা দেব কর্ম্মনচিংবা চাবা থকপনচিংবদা তিন্নবা য়াদে।

———.

# কমেংবসতি

১। শ্রী অহৈবম তোম্বাপু সিংহ
২। ,, লাইরেনময়ুম নিত্যাই সিংহ
৩। ,, যনজেনবম য়াইমচৌবা ,,
৪। ,, কোজেংবম নবচন্দ্র ,,
৫। ,, অচোম গৌরোসিং ,,
৬। ,, থৌচোম মাদোব ,,
৭। ,, নোংথোম্ব গৌরসিং ,,
৮। ,, নোংথোম্বম নারান ,,
৯। ,, বাইখোম কাহ্নাই ,,
১০। ,, বাইখোম তোম্বা ,,
১১। ,, অহৈবম শাম্মু ,,
১২। ,, মংসিদম তেম্বা ,,
কৈশামপাৎ লৈমজম লৈকাই
১৩ ,, হাওবিজম ইবেতোন ,,
১৪ ,, য়াইমা নোংশাবাশিং থম্বালখোং
১৫। ,, সরাংথেম অঙৌসিং ,,
১৬। ,, লাইরেনময়ুম য়াইমা কমেং
১৭। ,, গোকুলচন্দ সিং কৈশামপাৎ লৈমজম লৈকাই
১৮। ,, তোম্বা সিংহ ,, ,,
১৯। ,, ঙাসেপম মনিকচান্দ সিং ,,
২০। ,, ভখেল্লম্ব বোকুল সিংহ ,, ,,
২১। ,, পুখ্রম্বম সুরচান্দ ,, ,, ,,
২২। ,, ,, ইবোমচা ,, ,, ,,
২৩। ,, লুক্রাম ইবোতোন সিংহ বাংখৈ থম্বালখোং

২৪। ,, সরাংথেম থম্বানয়াইমা সিংহ ,,
২৫। ,, অঙোম লিলা সিং ,,
২৬। ,, অচোম মনি সিংহ ,,
২৭। ,, লুক্রাম ইবোতোম্বী সিংহ ,,
২৮। ,, ,, মধুমঙ্গোল , ,,
২৯। ,, ঙাঙোম গৌরাংগো সিংহ সেক্তা বস্তি
৩০। ,, য়াইখোম খম্বা ,,
৩১। ,, য়েন্দ্রেম্বম চাওবা ,, ,,
৩২। ,, ব্রাকম্বম বোকুল ,, পুংদোঙবম বস্তি
৩৩। ,, ইরুংবম নোংয়াই ,, ,,
৩৪। ,, মোইরাংথেম চৌঙপরিজাৎ সিংহ খুম্ব্রাকপম বস্তি
৩৫। ,, সাইরেম অমুলৈশং ,, ,,
৩৬। ,, নান্দেবম ইবোতোন ,, ,,
৩৭। ,, মনিসিং ,,
৩৮। ,, মোইরাংথেম মকুলসিং ,,

লৈবাক্তা ( রাষ্ট্র ) ওইহনবিনবা শ্রীযুক্ত চিফ মিষ্টর মনিপুর ষ্টেট কাউন্সিলদা খংহনবা লেপ্পরে, ইতি।

তাং | ২৫ | ৭ | ৪৭ ইং

সহি—

তোনস্না শর্ম্ম ১দি রাজ পুরোহিৎশিং

State office Imphal
Memo No. SG
6/47/D. 26/11/47
and public for infomation
Copy, circulated to state office
P. B.
chief Minister M'S. (Home)

## না-হৈরোন

মথক্তা ইরিবা মীশিং ৩৮ অসি ব্রহ্মসভাগী কেসতা মশা-মশানা মীতৈ মকুপ যাওবে হায়না মথুৎ মথুৎনা খুনম (সহি) তৌখিবা ঙাক্তনি। সহি শৌবশিংগী মঙ্গদা ১। ৰাংখৈময়ুম মধুশদোন ২। গুরু-ময়ুম দিনেশ্বর অনিবুদি বাইদা মিং হাপ ক্তে।

১বা— হু সিদবা মপু ইবুঙো অপোকপা পোবলেন পোকপা সংৎলেন সাৎপা ইবুঙো। ইবুঙোগী য়াথনা ইচেল ইব ওইরগা প খংবগী ইকোন্দা ঈশিং ওইনা তুংনাগা নাহাই তাইবেন পোংফাইদা শিন্থরকপা মতমদা তাইবংমবপ খিবাককি যইফ থোৗবম লাকপদা নাহাই তাইবেন পোংফ ইনা তাইব ঈশি ইচুম হায়বগা ঈশিং ইচুম মনীকপু মফম খুদিং হাবগা অমাং তশে ই মবিক শিৎনান্না কোক্কনি। লাইয়ামশি না গোপ্নবা সিদ য়াথং ঈচেন্নি।•।

২ শুবা— হু সিদবা মপু ইবুঙো অপোকপা পোকলেন পেকপা। ইবুঙোগী য়াথংনা পুন্নমবপু ওইবনি।

হু ঈপুরোংদি ইবুংশা তাইর মনগে নি বা পোবাদেগী ফুহীংদা লেংশিনলবা মতমদা ফুহীং সনা কৌবদ, নিংশিংববু ফ দনা সনা মঙাল ফুদোকপা। ঈক থকতা ফাওহনবা ঈসেং হায়না ওইঙৈদা অসেংবনি হায়তুনা মুংয়াই চেলবা ঈকনি মুংজেং ইকোল কৌবদা তাইবং চাগী য়াইফবা ঈরাৎ থোৗবু তৌবদা মুংজেং ঈকোল ঈরুনা খিকথরপা মতমদা ফৎত হৌদি মাঙগনি, মরিল সিৎনা শেংগনি লায়গী মেনদা লেপনবা সিদ য়াথং ঈচেলনি ফুহীং সনা য়াইফবেল ঈফু মুংদা লেংশিনবিরো ইবুধৌদি পাখংবা ঈফু মুংদা ঙানবিরো হা-হুং-হৈ-য়া হে। হীং-নিং-হীং-নিং-হীং-নিং উম।•।

হু সিদবা মপু ইবুঙো অপোকপা পোকলেন পোকপা সাংলেন সাংপা ইবুঙো। ইবুঙোগী য়াথংনা ঈসেং ঈরু ওইরগা ঈসেং ঈরু মরিকপু মুংজেং ঈসেং ওইরগা নাহাই তাম্নরেল পুংফায়না খিকথরকপা মতমদা তাইবং মরূপ পুম্বগী য়াইফ থৌবুপাংবদা ঈসেং ঈসিং মরিকপু মফম খুদিং তারগা অমাং অশোয় শেংগনি মরিন শিংনা পানগনি লায়গী সেনদা লেপ্নবা সিদা য়াথঙ ঈচেলনি হা হুং হৈয়া হৈ ।০।

৪শুবা— হু সিদবা মপু ইবুংঙো অপোকপা পোকলেন পোকপা শাংলেল সাংপা ইবুঙো। তেংবানবা ওইদৌদা অশেংবনি হায়তুনা ঈশিং হায়না খংনখি। লাইগী মরূপ খিবিক্লা ইপুথৌদি পাখংবনা শেংগ্রবা মফমবু থিরক্লবা মতমদা মুংজেং ঈশেং ইকোন্দা য়াতারগে লেংসিনখি শেংগ্রবা ঈশিংনি হায়তুনা তাইবংচাদা তাকপিখি। তাইবংচাগী য়াইফ ঈরাং থৌরম লাকপদা মুংজেং ঈশিং ঈকোন্দগী ঈশেংনা চাইথরবা মতমদা ফত্ত হৌদি মাঙ্গনি, তিনকোক লাইকোক ওইগনি লাইয়ামশিংনা লেপ্লবা সিদা য়াথং ইচেলনি।

হু সিদবা মপু ইবুংঙো অপোকপা পোকলেন পোকপা সাংলেল সাংপা ইবুঙো।

## নাহারোন

৫ শুবা— হুম হৈ, হুম হৈ, হুমহৈ কে য়োই মেংগা য়াইগা থৌলি থোয়ালাং থৌতিন লাংবু থৌলি থবা পোংথৌতম্নি থবা মাবু লানংদে হুমিং পোংথৌতম্নি হুমিং মাবু লানংদে নহাল নোং জিনখিনা কাংখিনা তোকপনা কাম্বনা শায়ুনা লৈরাংনা হুং ওক্লা পাইপংনা য়োংমু য়োংশেংবং তেকলী মণ্ডকচা কাওরেল মসনচা পোংখুৎ খাই শগাইবনা ফিচিনম ফিনা হুম

মীনম্বা থানম্বা নম্নবা লাক্লবা থৌলি থৌয়া লাংবু থৌলি থাবা পোং থৌদম্লি থাবা মাবু লালংদে নুমিৎ পোংথৌদম্লি নুমিৎ মাবু লালংদে। নহালনোং মোঙবা তুথৌ খোংদৌনোং তুংং খোংদেং নোংগী থৌলি থৌয়ালাংবু থৌলি থৌদিন লাংবু থোলি থাবা পোংথৌদম্লি থাবা মাবু লালংদে নুমিৎ পোংথৌদম্লি নুমিৎ মাবু লালংদে য়াব্বা কোকথাই মাগি পোংথৌ মথং পীজগে কুমজা পাম্বৌগে হুমহৈ হুমহৈ হুমহৈ ।০।

৬শুবা—খুন্নুনা ডান্নুনা পোকপীংঙ পাম্বীডৈ নহানা নুপীনা য়াহৌডৈ ফৌসুংডৈ ফৌসুক ফৌরা থোকডৈগি হৈকোই লাইয়েং মশীং শুডৈগী হৈরী লৈরীনা উতমডৈ চৈথাডৈ তেনথাডৈ রাওখাইডৈ থিংগ.ইডৈ ডারা ঙচিং তালডৈগী শেল্লম পাইরম চংডৈগী মরম রমগেনডৈগী শান্নরে সেংনরে তাইরেন্না পোফাইনা হা হুঁ হায়েং হা হুঁ হা য়েং ।০।

৭শুবা— থৌবিতেং য়োইবীতেং নুমিৎনা মথে.করক থাবানা মচোং লক চকরৈঙান তম্নিঙান উঙানহৈ ৱাঙাল্লে শীংশুডৈ চরোইনা খোংদমডৈ। য়াম্বীনা খাইদমডৈ হুইতাংনা চিনফেংডৈ কৈরেন্না য়াথোকডৈ নোংমাই হুইচিন হুইয়া থিনক.ইডৈ রাওখাইডৈ নোংমাইনা মৈহল্লে। নোংমাই থেংগু থেংঙানা নুংবীঙম শৌরাঙম তিল্লৈরগনু লাইলৈরগম্নু চীংদা লৈবনা চীংদা কারো তমদা লৈবনা তমদা চংলো। পাত্তা লৈবনা পাত্তা চংলো নতেফমদা তেরো নহলফমদা হল্লো লাইনিংথৌগী য়াথংনে। তিনয়েংলগনু লাইয়েংলগম্নু তাইরেন্না পোংফাইনা হা হুঁ হায়েং হা হুঁ হা য়েং ।০।

৮শুবা—খালৌকোন লাইলৌকোন চুপ্লীকোন অৱাংকোন পান্নরে শেংনরে কৌরৌজি ইরংবন নাওৱা। ইথাকপা চিংঙ পুলৈলোম্বা পুর.ংবতা পুলৈলোম্বা মরোল থোক্তবরু পুলৈলোম্বা মরোল থোখিয়ে,থোইমোম

মীতৈ মরূপ হৌরকপগী বারী

কোকসালো হলবাইবা পিগ্র।ইবী অশেম্বী খে।ংদ্রাইবী অশাবী লৈরিকপী লৈরিকপা উঙকও হামশাও লৈরিকও লৈফোংও লৈমা য়ুরেম্বী চারোলবী বাদা লৈশিন হৈবী উদা লৈশিল হৈবা মুমিৎ লুদম হৈবা থাবা লান্দম হৈবীন' ইরুরবনে শাত্তেনরনে পাম্নরে শেংনরে। তাইরেম্না পোংফাইন হা হু হায়েং হা হু হায়েং।॰।

## পুলৈলোম্বা ন'হাইরোল

৯শুবা— হায়েং থৌবিত্তেং লোইবিত্তেং চক্লিঙাল মুমিৎনা থোকৈ থাবানা মচোঙৈ উঙাল্পৈ বাঙানঙৈ। চরোইনা খোংদমঙৈ লাংমাই থিক্লেং মোইরাংকুম্বা নাওশংবা হোচান তৌলিবতোক থৌরা নথিল পুইঙৈ লাইখাইঙৈ পুলৈলোম্বা অঙক অঙাও হৌখি কুমথি ঙাওহৌবু তম্পাক্লে হৌমাইবী লংমাই লৈহৌ মাইবনা হিরেল য়াইরেল খিক্লা তাইরেল লোংনা লৌ লাইজা খিকফৈ চাইরগা পুলৈলোম্বা মরোল মরি থোক্লে ফম্বী কারে ফলাং তোংলে খুম্বল নাইথম্নরে খালৌকোন লাইলোকোন চুপ্পীকোন নোংপোককোন তিম্লৈরগনু লাইলৈরগনু পাম্নরে কোক্লরে হাহু হা য়েং। হা হু হা য়েং।॰।

নহাইরোল শোন্দুন ইরু ইশেংকা তাইরেন পোংফাই লাংথ্রেনা লুপ্পগা— লাংলিবা পোৎ পুমনমক অনম্বা কোক্লবা লোইনা চাইথোক্কনি।

---

# ব্রহ্মসভাগী চৈরাক্তা

## মীতৈ মরূপনা থাংখিবা থোদোক রাথোক খরা

ব্রহ্মসভাগী হুকুম (রাই) অসি লৈবাক্তা হেক য়েনথোকরকপা অমসুং মীয়ামদা চাইথোকরকপা মতম অতুদা মীতৈ মরূপকী মীওইসিংনা অৱাবা কয়ামকম থেংনখি। মতম অতুদা লৈরম্বা থম্বালখোংগী অহল লমন লুচিংবা কয়ানা থন্নখি। লৈকাই অসিদা লৈরিবা ইচা-ইনাও শাগৈ-নাতৈ পুমনমকসি মাংবা তারে মথোই মচিন মনাও (সুরচান্দ ইবোমচা) অনি অসি লৈকাই অসিদা লৈহল্লগুমসি হায়দুনা মীওই ১০/২০ লোমনা মথুক্তা চৈ লাং পাইদুনা তানথোকনবা লাকখি। মতম অতুদা গৌরা ধর্ম্ম চৎপা মীতৈ ইনাৎ চৎপা কাংলুপ-কাংলুপ অয়াকপা অকনবা ৱাঙাং শাঙাং কয়া ঙাংনখি। খুদক অতুদা মচিন-মনাও (সুরচান্দ অমসুং ইবোমচা) অনিনা থানাদা ৱাকৎখি, (ইজার) তৌখি। মতম অতুদা ইকাই খুমনরবা খোমদ্রাম থম্বৌসিং আইঃ পীঃ না পকাবাবু আইঃ ওঃ ওইনা থারক্লনা ইনকারি তৌখি, থনজিনখি। হয়েং অয়ুম কাংলুপ অনিমক কারকউ হায়না তাকপিখি। নোংঙানবগী অয়ুক পুং ৯/১০ অদ্বাইদা আইঃ পীঃ না কৌশিনদুনা সুরচান্দ ইবোমচা অনিদা ৱারোন হংখি। অনিনা (সুঃ ইঃ) খুমখি, ঐখোইদি ইপানাৎ ইপুৱাৎ থিবা নিংবা কাংলুপনি, ঐখোইনা তাল্লীবা পনথুংফম ৱারেপ ৭ (অরেৎ) পাদুনা তাহনখি, ৱারেপ অতু অইবা অমা পিয়ু হায়খি অতুদগী নখোই খৎনগম্নু ঐ, P.M.S.D. তানখিগে অতুগা অমুক কৌরকে তাকপিখি। ইশৈ শকপা ৱারেংবা মতম থল্লা পুলিস ২/৩ লাক লাক্লনা আই, য়েংঙি, খরা লৈরগা তোকখি। মতুং খরা লৈরগা আইঃ পীঃ না অমুক নাকল অনিমক (গৌরধর্ম্ম চৎপা মীতৈ ইনাৎ চৎপা)

কৌরকখি নখোই ধর্ম্মগী কাংলুপনি, ধর্ম্ম মনুংতা মরূ ওইবা থৌরাংশিংগী মতাংদা অচেৎপা খন্নখিবা থৌরাংশিংগী মতাংদা অচেৎপা ...

লামশিল্লুগনু আকপিখি, গৌরধর্ম্ম চৎপা কাংবুদা, মীয়ামগী অমসুং মীয়ামগী ধর্ম্ম চৎচবনি, মীগী য়ুম ইংখোন মত্তা চংহনা খৎনবা হৌরুগনু হাইখি ।০।

## মীতৈ মরূপনা লৈবা-থুনশিংদা খুদোংথিবা থোকখিবা—

লৌখাও-শিংখাওগী খুৎলং তিন্নদবা, যন সেললেং তিন্নদবা য়্যাও-হনবা, মপা-মচা শাগৈ-নাতৈ চংনদবা চামিন থকমিন্দবা, (শ্রদা কর্ম্ম ফিরোই ফিডাবদ) য়াদবা, চাদা নাওদারবা নুপী-নুপা থাইনরকপা। হায়বাশিংন্দুনা বারোইপোং পুরবা কয়া তোকনরকপা, নৌনা চেল্লকপা। নুপী কাদোকনবা খাইদোকনবা মচা-মনাও কয়া তোংডানপিজরকপা। য়ুলোন-কৈরোম্নবা শম্বল খানরকপা। লৈকাইশিংলুপ তগী তানখোকন-রকপা; মীতোপকী লাইসু নত্তবা মীতৈনা য়েলহৈডেদগী শাগোম্নজরকলবা উমংলাই হারাওবা ফাওবা য়াওহন্দবা চংহন্দবদগী কেস কয়া থোকহনখি।

## শিংলুপ খাইদোকনরকপা হৌরকখি—

১বা— মক্তা থম্বালখোং শিংলুপকী মুচিবা থরা ২/সরায়খেম ঔরেম-জাও সিংহ ২/তোম্বা, অমোন সিংনা মুচিংহনা শিনোবা শিংলুপ অমা লিংখি, শিংলুপ অনোবা অহুমা মীতৈ মরুপ ইনাৎ-চংবা কাংবুবু শোগংখি, হাসিন থকমিন্দনা- চিন্না চামন্না লৈমিন্নখি, অসিগুম্বা খুদোংথিবা কয়ামরুম থোকলবা মাওবদা মীতৈ মরূপকী মীওইশিংনা নিংহল্লবা লৈতনা মান্দা অসুম-অসুম চংশিনরকখি ।০।

ব্রহ্মসভাগী লৈরোঙ্গা মীতৈ মরুপ্পা থাংখিবা।

<u>লুচিংবশিংগী মতাংকোনবা মিং—</u>

১। পুখ্রম্বম স্বরচান্দ অপোকপা মুখো, অপোকপী কামনি কৈশামথাং লৈমজম লৈকাই, অপোকপা শক ১৯১২ নোংগাখিবা ১/৩/৪৭ ইং। পুখ্রম্বম ইবোমচা পোকপা মথকিসিগা অগুনি। পোকপা শক ১৯১৪ নোংগাখিবা শক ১৪ | ১২ | ৫২ ইং।

৩। তখেল্লম্বম বোকুল অপোকপা মেরা অপোকপী অমুবী কৈশামথাং লৈমজম লৈকাই।
পোকপগী শক ১৯০৭ ইং নোংগাখিবা তাং ২১ | ৬ | ৮১ নি।

<u>পথাপ লিবা কাংবুগী মীশিং—</u>

| | | | | |
|---|---|---|---|---|
| ১। | তখেল্লম্বম বোকুল | মীতৈ | থৌপুরেন | পথাপশিবা |
| ২। | ঙাসেপম মনিকচান্দ | ” | ” | ” |
| ৩। | লাংগোনজম অমু | ” | ” | ” |
| ৪। | সরাংথেম ইবোমচা | ” | ” | ” |
| ৫। | মসিদম ইবোমচা | ” | ” | ” |
| ৬। | সরাংথেম নাথে | ” | ” | ” |
| ৭। | নোংথোম্বম গৌরো | ” | ” | ” |

<u>থৌপুরেন ওইখিবা শিং—</u>

| | | |
|---|---|---|
| ১। | পুখ্রম্বম স্বরচান্দ | থৌপুরেন |
| ২। | ঙাসেপম মনিকচান্দ | লিখরোবা |
| ৩। | শিং ইবোমচা | থৌপুরেন |
| ৪। | ব্রহ্মচারিময়ুম মাপু | ঙাথং ” |
| ৫। | ঙাঃ মনিকচান্দ | লিখবা |

## মীতৈ মরূপ হৌরকপগী যাত্রী

| | | | | |
|---|---|---|---|---|
| ৬। | অথেল্লম্বম বোকুল | | | থৌপুরেন |
| ৭। | তেনগুবম লম্ফেল | | | শিন্নবা |
| ৮। | লাংগোনজম অমু মীতৈ | খুন্দ্রাকপম | | থৌপুরেল |
| ৯। | ঙাসেপম মনিকচান্দ | ,, | | শিন্নরেম্বা |
| ১০। | ,, | ,, | ,, | থৌপুরেন |
| ১১। | নোংথোম্বম নাবা | ,, | | ,, |
| ১২। | তেনসুবম লম্ফেল | ,, | | শিন্নরেম্বা |
| ১৩। | শোইবম তোম্বী | ,, | লম্মাংদোং | থৌপুরেল |
| ১৪। | লুক্রাম ইবোতোন | ,, | | শিন্নরেম্বা |
| ১৫। | পুখ্রম্বম মনিহার | ,, | | শিন্নবা ঙমথং |
| ১৬। | তেনগুবম লম্ফেল | ,, | | থৌপুরেল |
| ১৭। | মাইবম কোকঙাং | ,, | | শিন্নরেম্বা |
| ১৮। | লুক্রাম ইবোতোন | ,, | | ঙমথং শিন্নবা |

শক ১৯৭০ তাং ২৪ | ৫ | ৭০ ইংদগীনা তাং ১৫ | ১০ | ৭৫ ইং ফাওবা অমুক হন্নাওইখিবা।

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১৯। | তখেল্লম্বম বোকুল মীতৈ | | থৌপুরেন (১৯৭০–৭৫ ) |
| ২০। | লুক্রাম ইবোতোন | ,, | শিন্নরেম্বা |
| ২১। | নিংথৌম্বম মঙ্গি | ,, | ঙমথং শিন্নবা |
| ২২। | তেনসুবম লম্ফেল | ,, | থৌপুরেন |
| ২৩। | মাইবম কোকঙাং | ,, | ঙমথং থৌপুরেন |
| ২৪। | লুক্রাম ইবোতোন | ,, | শিন্নরেম্বা |
| ২৫। | নোংথোম্বম গৌরো | ,, | থৌপুরেন |
| ২৬। | লুক্রাম ইবোতোন | ,, | শিন্নরেম্বা |
| ২৭। | ,, ইবোতোন | ,, | থৌপুরেন শক ১৯৯২ |

1st. Line L-R

1. N. Gouro—Thoupuren Pathap Piba 2. L. Tomchou—Member 3. N.Naran—Ngamthang thoupuren 4. S. Thambalyaima—Member 5. L. Iboton Meitei Thoupuren

2nd. Line L-R

1. S. Rashi—Member 2. Y. Boro—Member 3. Th. Ibotombi—Member 4. S. Apabi—Member

3rd Line L-R

1. Ch. Mohari—Member 2. K. Chaoba—Shelungba 3. L. Mohen—Shinn-remba

N.B. N. Mangi, H. Kerani, N. Angouton, T. Gulamjat, Ng. Modhu—Asidi Lakkhide.



ঙাসেপম মনিকচান্দ মীতৈ

পোকপা শক ২০/৮/১৯০২

শিবা শক ২০/৪/১৯৭৮

অপোকপগী মিং ঙাসেপম

চাওমচা

অপোকপীগী মিং ঙাসেপম

তোম্বী

মনিপুর ষ্টেত মীতৈ

মরূপকী

১বা শিম্নরেম্বা

৫শুবা থৌপুরেন



মিং লৈখিগ্রবা তেনশুবম লক্ষেল মীতৈ

অপোকপগী মিং লৈঃ ত্রিঃ অমু মীতৈ

অপোকপীগী ,, পেচিমযুম নিংঙোল

তেনশুবম ওংবী লতা

লোইনবী তেনশুবম ওংবী ইবেমল্লংশি

পোকপগী তারিক মেঃ ১৯১৬

লৈখিদবগী ,, ওক্টোবর ১৯৯০

লৈফম তোপ মখা লৈকাই

মহাক ঙাংবা শকপা হৈবা ১স্নং মীয়ামগী

সেবাদা মথবাই য়াওখিবা মী.শক অমনি।

৬শুবা শিম্নরেম্বা ৮শুবা থৌপরেল ওইখি



মাইবম কোকঙাং মীতৈ
নহারুপ্তা লৈবা
অপোকপা অঙাংজাও
অপোকপী কোন্দোন
লোইনবী নুপীমচা
পোকপা তাং ১৭/৯ ১৯১৮ ইং
নোংগাখিবা তাং ২২/১/১৯৯৩ ইং
শিল্পরেম্বা ওখিবা ১৯৬৮ ইং
ঙমথং থৌপুরেন ১৯৭৭ ইং
মনিপুর ষ্টেত মীতৈ রুপকী
৫শুবা শিল্পরেম্বা ৮শুবা ঙমথং থৌপুরেল



লাইশ্রম তোম্বা মীতৈ (লাইতোম্বা)
পোকপা ১০/৩/১৯০৫ ইং
অপোকপা মিং লাইশ্রম চাউবা মীতৈ
অপোকপী ,, ,, ওংবী য়াইমবী
লৈফম কৈশামপাৎ লৈমজম লৈকাই।

| | | |
|---|---|---|
| ২৮। | থোংঙাম ইবোতোম্বী ,, | শিল্লরেম্বা |
| ২৯। | লুক্রাম ইবোতোন ,, | থৌপুরেন শক ১৯৯৩ |
| ৩০। | লোইতোংবম মোহিন্দ্র ,, | শিল্লরেম্বা ,, |

শক ১৯৪৫ ইং দগীনা ১৯৪৭ ইং ফাওবদা য়াওরক খিবা পুং ঈশৈ নিপা অমসুং নুপীশিং—

পুংয়ৈবা—

| | | |
|---|---|---|
| ১। | লুক্রাম ইবোনোন মীতৈ | থম্বালখোং মকোক |
| ২। | ফরালাইলাংপম সনাহনবী | সেগালম্বি মোইরাং থৌলৈরক |
| ৩। | নিংথৌম্বম অঙৌতোন মীতৈ | কোংবা লাইশ্রমলৈকাই |
| ৪। | লৈসাংথেম মোধু ,, | খোংঙামপাৎ |
| ৫। | কালাসনা নিংথেম্মচা ,, | ৱাংখৈ লৈকাই |
| ৬। | কোইজম মনি ,, | মোংসাংগৈ |

ঈশৈশকপা নিপাগী কাংলুপ—

| | | |
|---|---|---|
| ১। | কোঞ্জেংবম নবচন্দ্র মীতৈ | ঈশৈহনবা মকোক কৱেং |
| ২। | যেংখোম অচৌ ,, | খোংঙামপাৎ |
| ৩। | তাবুক্রম তোম্বা ,, | শন্দ্রাকপম |
| ৪। | সেরাম নিংথৌ ,, | ইয়ামপান (য়ৌরবুং) |
| ৫। | মাইস্নাম একা ,, | পুংদোংবম |
| ৬। | ফৈরোইজম গুলাব ,, | নোংডা |
| ৭। | উসম বাবুশিং ,, | তাওথোং |
| ৮। | অঙোম কেসো ,, | তাওথোং অসিনাচিংবা |
| ৯। | কোমোন ,, | মোংসাংগৈ |

ম্নুপী ঈশৈশকপী—

| | | |
|---|---|---|
| ১। | কৈরোইজম মেরাতোম্বী চন্নু | নোংঙদা |
| ২। | পিশক চন্নু | লম্মাংদোং |
| ৩। | সলাম তোম্বী ,, | খুরাই লমলোঙমমাঙ |
| ৪। | লৌরিয়াম অহনবী | ,, ,, |
| ৫। | হৈতোম্বী | খমলাং লৈরক |
| ৬। | থোইবী | য়াইরিপোক |
| ৭। | অমুসনা চন্নু | মোঙসাংগৈ অসিনচিংবা |

---

# মীতৈ মরূপকী চৎনা পথাপ (ব্রাংমদা) নত্তবা

## পুং-ঈশৈগী মরমদা খরদং—

১মা— ঈশৈ শকপা খরনা শকই— ইমাবু নিংলসি ইপাবু মপুনা চানবীনী। কোরৌ থকনা বাংবরা পনথৌ ইপানা মবাংঙি, মালেম লৈনা লুম্বরা পলেম ইমানা মরুম্মি। হায়না শৈহৌদা (রাগহেক ভবদা) শকইবা ঈশৈ অসি মীতৈ মরূপকী পথাপ নত্তে। ইপা-ইমাবু মীরাইসি হায়বা নত্তে, মতাং নতত্রি হায়বনি।

২শুবা— লুহোৌবদা ম্নুপী সেম্লবা ম্নুপী ঈশৈশকপী খরনা ফজরে নিংথিরে মিৎকম হোংবা য়াদ্রে অনিমকী শকফমসে। মাম্নরে চাম্নরে শোইনদে, মাম্নবা অনিগী শকফমসে, চাংদমনিংঙাই লৈত্রে। পনথৌগী শুমাং মথৌবুং ফম-ফম লাংদা ফমহুনা য়েৎকা-ওইগা ঙানথোইরিয়ে শাবী-শানৌ অনিসে। হাইহুনা শকইবা ঈশৈ অসি

মীতৈ মরুপকী নত্তে। মীতৈ মরূপশা শক-শোল্লিবা ঈশৈগী ইচেল্দি— মপুগী মতিক-ময়াই, হায়জবা চংজবা পুকনিং ৱারকপা ইমা মীতৈ লৈবাকপু শৈথাবা নোংগালম্বি অসিগুম্বতনি।

পুংগী মরমদা—

৩শুবা—ইনিংথৌ চন্দ্রকির্তি সনা হাক্তক্তা লাইগী মশক ওইরবা নোংগাথ্রবা ১/রশিকা ২/রশ নন্দ, ৩/কিতনা রূপ। ৪/কিতনা র'ধা ৫/যত্নুনাথ ৬/লংলেন হনবা ৭/নিংথেম মচা কুল্লচন্দ্র, মাইচৌ তরেৎ অসিনা তাম্নহুনা পুথোকখিবা অহৌবা (রাগা) অচৌবা তেন তেন-তেন তাটক তাং অনুমলক হনবা গিম্নঘে, ধে-ধে-তেন-তেন-তেন তাটক তাং হায়বা রাগা অহৌবা অসি গৌরীয় সমপ্রদাইগী মুংগী ইচেল্দা কুপ্না লৈবা রাগনি॰ মীতৈ মরূপকী নত্তে।॰।

নাম তাকা—

৪শুবা— মীতৈ লৈবাক্তা গৌর ধর্ম চৎপা মীওইনা সিরগা মং তানা (পোৎলোইফম) পুবদা য়ৈরিবা পুংলোন নাম তকা হায়না মিং থোল্লবা (খংনরবা) পুংলোন— তাং থ্রথটক তাং গিন গিন টকগিন ধেং গিন্নগ্র ধে-ধে গিন টক তাং অসিসু মীতৈ মরূপকী চৎনা থথাগ নত্তে।॰।

৫শুবা— মীতৈ ঐথোইগী লান্না থৌরম (সরাধ) হুমিল্লা চাংওকফমদা থারিবা খুদা (খোংহামফম) লফু মতুপ ২/৩ ধুপ থাওমৈ ফি মচা অমা ফমনবা ফান অমা থারিবা অসিসু মীতৈ মরুপকী নত্তে।

## লুহোংবা কোইবা—

৬শুবা—শোম্নবুং ময়াই ইরাৎকু থারিবা মপুগী ফম্বানথারিবা, লুহোংফানস্ থারিবা ময়াই অদোমদা কোইগদৌরিবা মুপী অতুগী য়েৎথংবা খুৎ অতুনা য়োম্নবুং লোমদা থংববু য়েৎওইননা কোই মুপী অতুগী ওইথংবা খুৎনা শোম্নবুং লোমদা থংববু ওই-ওইননা কোই ওইরোমদা কোইরিবসি মীতৈ মরূপকী পথাপ নত্তে।০।

## লাম্না থৌরমনচিংবদা থৌনিজগদবা লাইরোন—

হুঁং কোংবা তুরেল ইরিল তুরেল তুরেল অচৌবা নম্বূল তুরেল চীংঙোই তুরেল্ তাকয়েল লম্ফেল ইকোপ লোকতাক ইঙৌরোক মুংজেং ইকোন ইরুবিনচিংবা ইরাৎফুদা তুংখরো ননাইনবু কৌজরি। ইরাৎফুদা ঈশিং হৈগনি। অসিগী মতুঙদা লাইরোন অসি শোনগনি।

তাইবংপান্দা তাকপিখি তাইবং চাগী য়াইফনবা ইরাৎ থৌরম লাকপদা মুংজেং ইকোন ঈসেংনা চাইথরকপা মতমদা ফও হূ উথি মাংগনি। তিনকোক লাইকোক ওইগনি। লাইয়ামসিংনা লেপ্পবা সিদয়াথং ইচেন্নি। মুংজেং ইসেং ইরুবী ইফুমুংদা তুংলরো। 'ইরাৎফুদা ঈশিং লৈস্ন খরা হাপকনি', হুঁং কুক-কুক-কুক নাহাই তাইরেন পোংফাই লৌখত্তনা হুকচাং অমসুং লাংলিবা পোৎলম পূমনমক শেংদোকনি।

## লাইরোন্দি—

হুঁ সিদবা মপু ইবুংঙো অপোকপা পোকলেন পৌকপা সাংলেন শাংপা ইবুংঙো। ইবুংঙোগী য়াথংনা ইসেং ইরু ওইরগা পাখংবগী ইকোন্দা ইসেং ওইনা তুংলগা নাহাই তাইরেন পোংফাইদা সিনথরকপা মতমদা তাইবং মরূপ খিবিকী য়াইফ থৌরমলকপদা নাহাই তাইরেন পোংফাইনা ইসেং ইচুম হায়রগা ইসেং ইচুম মরিকপু মফমখুদিং তারগা অমাং

অসোয় ফত্তবা মরিন সিংনা কোক্কনি লাইয়ামশিংনা লেপ্পবা সিদ য়াথং ইচেননি। হুঁং সিদবা মপু ইবুংঙো ।০।

<u>মথাগী লাইরোনসিনা লাই মঙা কৌগনি—</u>

১বা—হুঁং সিদবা মৈ কৌবা লাই ইবুংঙো। নসেক নঙাননিংথিবা য়াইফ নুংঙায় পিরিবা অফ-ফত চাকইবা অমম-অঙান থাইরিবা ইরাং-থৌরম তৌজরি ননাইনবু কৌজরি। মফমসিদা লাকপিরো য়াইফ মিংয়েং তাবিরো। হুঁং সিদবা মৈবু খুরুমজে, হুঁং কুক-কুক কুক ।০।

২শুবা—হুঁং সিদবী ঈশিং লৈমা ইমা ইবেম্মা। ঈশিং ইচেন ঈনুং ওইরিবী তাইবং পানবা য়োক্লিবী লাইজ ঈশিং অরুবি অফ-ফত্ত সেংলিবী ইরাং থৌরম তৌজরি ননাইনবু ফৌজরি মফম অসিদা লাকপীরো থৌজান মিংয়েং তাবিরো। হুঁং সিদবা মপুবু খুরুমজে। হুঁং কুক-কুক-কুক ইরংেফুদা ঈশিং চেং লৈ হাপকনি ।০।

৩শুবা—হুঁং সিদবা নুংশিং লাইজ ইবুংঙো। লাইজ নুংশিং নাম্মিবা তাইবংপানবু ইংহনবা থবাই হায়না থংঙিবা তেংবানবদা শিংলিবা ইরাং থৌরম তৌজরি ননাইনবু কৌজরি মফমসিদা লাকপিরো য়াইফ মিংয়েং তাবিরো। হুঁং সিদবা নুংশিং নিংথৌ ইবুংঙোবু খুরুমজে। হুঁং কুক-কুক-কুক ।০।

৪শুবা—হুঁং লৈপাক মালেম ইমা লৈমা ইবেম্মা। তেংবানবগী মমানি য়েননৌহনবী য়াইবীনি তুংনফমবু ওইরিবী মচা ননাই য়োকলিবী ইরাং থৌরম তৌজরি ননাইনবু কৌজরি মফমসিদা লাকপিরো য়াইফ মিংয়েং তাবিরো। হুঁং লৈপাক লৈময়োনবু খুরুমজে।

হুং কুক-কুক-কুক। ইরাৎফুদা ঈশিং চেং-লৈ হাপকনি।০।

৫শুবা— হুং সিদবা অতিঙাবু খুরুমজৈ। অতিঙা লমজাও লমহাং ওইরিবা ইনিন খোনবু পোকলিবা। মুমিৎ থাম্ন অপানবা তুংনফমবু ওইরিবা। ইরাৎ থৌরম তৌজরি ননাইনবু কৌজরি মফমসিদা লকপিরো য়াইফ মিৎয়েং তাবিরো। অতিঙা লমহাংবু খুরুমজৈ। হুং কুক-কুক-কুক। ইরাৎফুদা ঈশিং হৈগনি চেং-লৈ হাপতুনা কৎকনি।০।

মখগী লাইরোনসি হাইরগা লাইয়াম্ন কৌগনি—

লাই রোন্দি— ঙসি····· থাগী····· পনবা/কোনব······মুমিৎকী য়াইফ পুংফম অসিদা নচা······ননাই য়েককী····· সাগৈগী মি ······কৌবা ননাইনা থক্তা থাকন খঙ্গরে খাদা মফলেন সেমজবে সিদবা মপু ইবুংঙো মফম অসিদা লাকপিরো সোরারেন্নচিংবা লাইগী মরূপ পুমনমক ইপা-ইপু পুন্নমক মাইগৈ ঙাকপা পুন্নমক। সনা মহি লাইনিংথৌ ইপুথৌদি পাখংবা। থক্তা মঙান পিরিবা মুমিৎ থাদি অপানবা নচা-ননাই তাইবংনা মমিং···· কৌবানা হায়জ-নিংবা হায়জগে হায়না কৌজরি থৌজান মশক ওইহনু মফম সিদা ঙানবিরো খুবাম চাংজৌ লোম্নুনা খুরুমজরি ননাইন। হু কুক-কুক-কুপ। য়াইফরে ইপুরোইনা য়াইফরে।

<u>ইপান থাবদা খুরুমবা—</u>

পিথ্রাই খোংদ্রাইবী লাইরেনবী সিদবী ইবেম্মা নংগী নমিংদি তেংবানবা পুমনমকসি নংগী নয়াইননি হাইদুনা হীবুবী য়াইংবী লনকুবী তরংদা মৈহৌবী লকলিদা খোশাবী হায়না কৌই,

ঙালৈমস্তু নহাকনি, চেংলৈমস্তু নহাকনি ননাই পিশক অসিগীদমক চাককুবীয়ু হায়স্তুনা খুরুম জরি। (লাইরেম্বীদা কৎলিবা পোল-মসিংতু ঈশিং খিতাংগা লোইননা অঙাং অত্তুদা ৭ লক কুক-কুক মম-মম হাইনা ইল্লগা থোংগান্দা থাদোক্কী।)

মীতৈ মরূপকী থৌপুবা কাংলুপ্পা হায়জবা—

মীতৈ সনালৈবাক্কী ইপা-ইপন মরুপ-মপাং ইচিল-ইনাও ইচে-ইচন মীতৈ য়েন ৭ কী মচা মস্তু ওইরিবা পুম্নমক্কী মফমদা খুরুমজস্তুনা হায়জরি, মীতৈ ইনাৎ লাইনিং লাইসোন ইমারোননা শক শোল্লিবা অসিদা মাই ওনশিনবিরকখিনি হায়বগী থাজবস্তু থমজরি, লোইননা লাইনিংথৌ সনা মহি ইপুথৌ পাখংববু নিংলসি য়ায়ফস্লে য়ায়ফরে ইপুরোয়না য়ায়ফরে।০।

**লাইরিক কোংবা লুপ**

| | | |
|---|---|---|
| ১। এল· ইবোতোন মীতৈ | | থৌপুরেন |
| ২। এন· মঙ্গি | ,, | ওমথং থৌপুরেন |
| ৩। এল· মোহোন | ,, | শিনরেম্বা লোয়তোংবম |
| ৪। কৈসাম চাওবা | ,, | মেম্বর |
| ৫। থোংঙাম ইবোতোম্বী ,, | | ঐ |

———

৪৫–৪৭ ফাওবা থুলশিং অমস্তুং মীওইশিং—

১। নোংথোম্বম ঙৌবা (সুবাংশংবম)

২। মংসাতাবম নোংয়াই

৩। ,, নিংথি লুবাংশংবম
৪। ,, নিতৈচান্দ
৫। ,, লৈরেনজাও
৬। বাইখোম কামদেবো
৭। লাইশ্রম চাওবা

১। লৈশাংথেম থম্বৌ ( খোঙহাম পাং )
২। য়েংখোম থম্বৌ
৩। সোরাম মনিক
৪। মোংজম মনি
৫। খোয়জম ইবোহল
৬। বায়খোম বোকুল
৭। সোরাম কুল্লো
৮। অচৌ ইশৈ শকপা
৯। য়েংখোম য়াইমবী
১০। কোইজম কলা অসিনচিবশিং

১। চোনজোনবম কুল্লো (ফুমলৌ)
২। মায়মোম মনি
৩। অহনথেম কুবেরা

১। হাওবম তোমচৌ ( মনিং লমলোংগৈ )
২। য়ুমলেমবম গুলাপ
৩। লাংপোকলাকপম অমু
৪। নিংথৌজম সুবোল
৫। মোইরাংথেম বোকুল, অসিনচিংবশিং

## ৪৫–৪৭ ফাওবা খুলশিং অমসুং মীওইশিং

১। নাওরোয়বম মোধুমনোল (কদাংবম)
২। ছিজম লমফেল
৩। য়ুমলেমবম মোহোন
৪। ,, কামো অসিনচিংবা

১। উশম তোম্বা তাওথোং
২। ,, অঙাংমচা
৩। ,, বাবুসিং
৪। ,, কেসো ( ইশৈ শকপা )

১। হুইরোংবম অঙৌ (ময়াংলাংজিং)
২। বাংলেমবম অঙৌ
৩। তখেললমম নোঙাল অসিনচিবশিং

১। লাইশ্রম খোমৈ ( কানদো শাবন )
২। খোমদ্রাম মংলেম ( কানদো খুনজাও )
৩। ছিরোম মোহন অসিনচিংবশিং

১। হিজম মাইমু ( লোইতাং খুলেন )
২। য়েনদ্রেমবম মীখু
৩। থাংজম বোরাজাও অসিনচিংবা

১। শগোনসেম তামরসিং ( কংলা তোংবী )
২। খুনদোংবম অপাবী
৩। খোদাম হরিমনি
৪। বায়েনবম তিলোক
৫। ঙাইরাংবম অঙৌ অসিনচিংবা
১। ঙাঙোম লৈরেন ( পোম্বাবম )

## মীতৈ মরূপ হৌরকপগী মারী

২। মোংজম চাওবা (পোৎশংবম)
৩। ,, ইবোমচা
৪। ইরেংবম অমু
১। ওইনাম ইবোহল (পোৎশংবম থৌরিফি)
১। খুনদোংবম ননে (পোৎশংবম খুলেন)
২। ,, নরহরি
১। হৈক্রুজম মোইরাংজাও (কৈকেন)
২। তোনজম গৌরসিং
৩। ,, ইন্দ্রামনি অসিনচিংবা
১। থাংজম মঙ্গী (কোইরেঙ্গৈ)
২। চনমবম ভগিরোত
৩। ,, বিধু
৪। থৌচোম সেলুং অসিনচিংবা
১। পাওনম ইবোতোন (থাবম লমখায়)
২। তোংব্রম কোমোন
৩। ,, লসমোন
৪। থৌচোম ইবোনোন
১। চিংঙাথম থাগোয় (থাবম)
২। ঙাইরাংবম ইবোমচা
৩। ,, গৌরমনি
৪। ,, নিপামচা
১। ইরোম অবুং (হৈঙাং)

## ৪৫-৪৭ ফাওবা খুলশিং অমস্তুং মীওইশিং

২। য়াংগোয়জম কালি (হৈঙাং)
৩। মোতুম মনি
৪। হিয়োম মোইরাংনিংথৌ
৫। মোতুম মুক্তা

১। ব্রাহ্মাচারিময়ুম বাপু ( সোইকম লৈকায় )
২। মংসাতাবম ইবোমচা
৩। " তোম্বা
৪। সগোলসেম কলাচান্দ
৫। নোংথোম্বম চাওবা
৬। " কুবের
৭। ওইনাম মনি
৮। খোঙবানতাবম তোম্বা
৯। খুঁইরেনজম গঙ্গার
১০। ওইনাম নেত্রাজিৎ
১১। " পনচি
১২। চিংগুবম বোরো
১৩। ঙাসেপম জুগোল

১। কোইজম কাংলেন
২। " শানোয় (খুরায়)
। " বচা

১। লাংঙোনজম অমু ( খুনদ্রাকপম )
২। অবুজম বিরহরি
৩। " তোম্বা

## মীতৈ মরূপ হৌরকপগী মারী

১। সৌবাম চাওবা (অচানবীগৈ)
২। ,, গন্ধাসিং

৩ লাইশ্রম খোমৈ

১। নিংথোম্বম উধোব (য়ুরেম্বম)
২। খেত্রিময়ুম পাপু
৩। ,, লৈরেনজাও
৪। ঙাসেপম চাওয়াইমা
৫। চিংখময়ুম তমফাজাও
৬। ,, চাওসিং
৭। য়ুমনাম পারিজাৎ
৮। থাংজম কলা
। সাপম চাওবা

১। অবুজম শীশক (বমদ্রিয়ার)

১। নামৈরাকপম পুনসি (ঙাইরাংবম)
২। নাহাকপম ইবোমচা
৩। অঙোমজামবম তমফাজাও
৪। লাইশ্রম পরিজাত
৫। মোইরাংথেম গুমিনদ্রো

১। থাংজম কাওবা কামোং লাংগোনজম
২। ,, সমুঙৌবা
৩। চবুংবম কুলচন্দ্রা

১। R.K. সনাতোম্বা (সগোলমাং)
২। নহাকপম গুলামচাট
৩। মংলেম

## ৪৫-৪৭ ফাওবা খুলশিং অমসুং মীওইশিং

১। তোমচা (পুখাও)

১। থাংজম য়াইমা (খুরাই লমলোং)
২। তখেলময়ুম অমুসেলুং
৩। বাইখোম চাওবা (ইয়াম পান)
৪। ,, তরংগো
৫। সেরাম নিংথৌ ঈশৈ শকপা
৬। ,, নিলো

১। ইরুংবম নেত্রো (পুংদোংবম)
২। থাংজম ইন্দ্রাসিং
৩। ইরুংবম নোদিয়া
৪। সগোলসেম ইবোমচা (মোইবুং খোংবা)
৫। নিংথৌজম অঙৌ
৬। ম ৈসনাম একা ইশৈ শকপা

১। ময়া লমবম তোমপোক (সেকতা)
২। ঙাঙোম মধুমঙ্গোল
৩। ,, য়াইমা
৪। ,, ইবোতোন
৫। ময়াংলম্বম অমু

১। খোম্মৈ (পৌরাবী)

১। ফৈরোয়জম কনাইমচা (নোংঙাদা)
২। ,, অঙাংহল
৩। ,, রধামোহোন
৪। ,, গুলাপ ইশৈ শকপা

১। ওইনাম তোম্বা (য়াইঙংপোকপী)

## মীতৈ মরূপ হৌরকপগী থারী

২। কৈশাম য়াইমা

১। ঙাংঙোম ঈঁরা (থমনা পোকপী)

২। এলাংবম তোমচৌ

৩। সোয়াম ইবোবী

৪। মোইরাংথেম বীহারী

১। থাংজম তোলে (নোংথ্রেন)

১। শংগায় (থারি লিবা) (তেললৌ চানা)

১। থাহেংবম মীথ (খুরাই নিংথৌবু)

২। ,, খেরো

৩। লাইশ্রম ইবোতোম্বী

১। তিনজুবম চাওয়াইমা (মোইবাংকমপু)

১। তিনস্থবম লমফেল (তে.প)

২। থৌনাওজম তোম্বা অসিনচিংবা

১। নামৈরাকপম নিলসিং (নাহকপ)

২। থাইবম কোকঙাং অসিনচিংবা

১। লাইশ্রম তোম্বা (খুরায় কোংপান)

২। ,, মিথু

৩। পাঙমবম তমফা

৪। ফৈরোয়জম তোম্বা

১। লাইশ্রম বিধু (উচেককোন খুনৌ)

২। কোঙ্গেংবম গন্ধার

১। থাংজম বীরা (লাংথাবাল ফুরা মখোঙ)

১। মোধু (লিলোং)

১। নিপামচা (থাইথৌ)

## ৪৫-৪৭ ফাওবা খুলশিং অমসুং মীওইশিং

১। অশেম মোইরাংনিংথৌ ( থৌবাল লৈশাংথেম খেকমল

১। লোক্তোংবম নিংথৌ ( য়াইরিপোক )
২। মেখর
১। অসেম সেনাপতি ( কৈশামপাৎ )
২। মোংজম ইবোতোন ( হোদাম লৈরক )
১। সোইবম রামসিং ( ককৈথেল )
২। লৈশাংথেম বীরচন্দ্রা
৩। নাদেমব গুলামজাৎ
১। সোইবম তোম্বী ( লমাংদোং )
২। খুন্দ্রাকপম মনি
৩। নিল্লোবাবু
১। ইরুংবম অঙৌ ( তৌবুল )
২। ,, ইবোহল
৩। তোম্বী ঈশৈ শকপা
৪। বাহেংবম রতব সিংহ
৫। ,, কালাচান্দ
১। অকোইজম মধু ( খোইজুমান )
২। গন্ধারসিং ঈশৈ শকপা
৩। ইঙুদম ইবোতোন
৪। মেল্লৈ
১। নিংথেমমচা সনাহল ( ঙাংঘলবাই )
১। তখেলময়ুম চাওবা ( তোর্বুং )
২। ,, ইবোতোম্বী
৩। মোইরাংথেম গৌরসিং
১। সনাতোম্বা ( কুম্বী )
১। সঞ্জেনবম নানৌ (সগোলবন্দ)
২। ইরুংবম ভীমো
৩। থোকচোম ইবোতোন

# মীতৈ মরূপ হৌরকপগী বারী

৪। অয়েকপম গুলামচাং

১। সুয়াম ইবোতোন ( ললাম্বুং )

১। সেরাম তোমাল ('খম্বালখোং )

২। ,, বোকুলজাও

৩। ,, তোম্বী

৪। খাঙেম্বম য়াইমা

৫। লাইশ্রম তোম্বা

৬। নোংথোম্বম গোকুলচান্দ

৭। সেরাম চাওবা

৮। লাইশ্রম বাকু

১। শোইবম অঙৌ ( মোংশাঙৈ )

২। শোইবম কুল্লচন্দ্র

৩। ,, কুল্লবীধু

৪। মেরা

৫। রাবৈ

৬। কোমোল ঈশৈ শকপা

৭। মনি অসিনচিংবা

১। লাইশ্রম তোনসনা মাইবা ( লিং পুথ্রি মপান )

১। সাপম বীরসিং ( শিংজমৈ )

১। সোইবম তোমানসিং ( কমেং শাবন )

২। খোমদ্রাম সেলুং ( মনত্রি লৈকোই )

৩। লাইশ্রম জাতি

১। থৌদাম বীর ( লুবাংশংবম মতাই )

২। থাংজম য়াইমা

৩। কাংঙবম শ্যামকিশ্বর

৪। থাওথেম মুহোন (অচার্য্যীগৈ)

১। নিংথেমচা কালাম্মা ( বাংখৈ )

খুল ৭৩ অমস্থং মীওইশিংঅসি ১৯৪৭ কাওবগীনি

( লোইরবা )